অঙাঙ্গী

# মৈতৈ লোন্মিৎ

## বালরঞ্জন মনিপুরী ব্যাকরণ—প্রথম খণ্ড

(অক্ষর-বিভাগ)

মীনকেতন



অফোঙবা—

শ্রীকোয়জম ইবোবী সিংহ,

ওইনাম থিঙেল,

ইম্ফাল।



অহানবা ফোঙবা—১৮৭৪ শকাব্দ

অনম্ব—

শ্রীখুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস,

ইম্ফাল।

अवयाकरणस्त्वंधो वधिरः कोशवर्जितः ।
साहित्यरहितः पङ्गु मूकस्तर्क विवर्जितः ॥

# ৱাহৈ অমমীদং

লোন্মিৎ ( ব্যাকরণ ), লোনগৈ ( কোশ ), লোল্লোন ( ভাষ-তত্ত্ব ) অমদি লোঞ্জল ( রচনা ) লৈতনা লোনগী ফিরেপ তাবা অমদি মপু ওইবা ওমদবা থরদং কোক্কনী ভায় অভাঙ্গী মৈতৈ লোন্মিৎ হায়বা লাইরিক অসী ইজবনি। ইনা ইনা নম্ব ওইবনা অশোয়-অভাম চত্থিবা পূম্নমক মতুঙ্গী থুংনমদা শেংদোকচগনি। মসিগী থুংইদি হৌজিক্কী চংনবীদনি। হৌজিক পুথোকচরিবা শরুক্কিনা ময়েক মতাং (অক্ষর বিভাগ) নি। ৱাহৈ, ৱাফম, পরেং-শৈরেঙ্গী শরুক্কু ঈশ্বরনা লম্বী য়ানবিরবদি থুনমক ইথোক্লবা তৌজরগনি। ইতি—

পোইন্থু নিন্দুং তরানি পানবা
ঈরাই
( ১২ ডিসেম্বর ১৯৫২ ইং )
ইম্ফাল।

মীনকেতন।

# য়াওরিবা

## ৱাহৌদোক



## অহানবা তাঙ্কক্

## অনীশুবা তাঙ্কক্



## অহুমশুবা তাঙ্কক্

অঙাঙ্গী

# মৈতৈ লোন্মিৎ



## ৱাহৌদোক

## ৱাহৈ

পাসি

নুমিৎ ; থোকপা ;

করি থোকই ? থোনফম অনী থোকই। করি করি খঙনৈ ? অমনা অঙানবা অদুগা অমনা ফোঙবা খঙনৈ। করিদগী থোকই? ৱা ঙাঙবদগী থোকই। ৱা ঙাঙবদগী থোকপা মরোল্লেবা থোনফমশিং অসীদি করি কৌনৈ ? ৱা ঙাঙবদা থোকপনা ৱাহৈ কৌনৈ। অদুনদি ৱাহৈ হাঙৈরগা করি খঙনফম থোকই ? মরোন্নাইবা থোনফম খঙনফম থোকই।

ৱাহৈ মরোন্নাইবা থোনফম্নি।

## ৱাফম

থক্কী নুমিৎ কা থোকপা গা ৱাহৈ অনী অসি লোন্সন্ন পাসি
নুমিৎ থোকপা।

করি থোকই ? ৱাহৈ-পরেং থোকই। মরোন্দি করি ঙম্মি ? অঙানবা ফোঙবা হাঙৈবা ঙম্মি।

থোকপা দা থোকই শিঞ্জিন্দুনা অমুক পাসি
নুমিৎ থোকই।

ৱাহৈ-পরেং অদুম মথোকইদনা ? থোকই। মরোন্দি করি ঙম্মি ? অঙানবা ফোঙই হাঙৈবা ঙম্মি।

ৱাহৈ-পরেং অনীসি অম্মারা ? নত্তে, খেন্নে। করিদা খেন্নরিবা ? অহানবনা ৱারোইশন্দে, অদূনা ৱারোন তাদে ; অদূগা অকোনবনা ৱারোইশিল্লি, অদূনা ৱারোন তাই। ৱারোন্তাবা ৱাহৈ-পরেং বুদি করি কৌনৈ ? ৱা ঙাঙবগী তাংফম অমনি হাঙৈদুনা ৱাফম কৌনৈ। অদূনদি ৱাফম হাঙৈ-ৱগা করি খণ্ডনফম থোকই ? ৱারোন্তাবা ৱাহৈ-পরেং খণ্ডনফম থোকই।

ৱাফম ৱারোন্তাবা ৱাহৈ-পরেংনি।

## লোল

য়েংসি

নুমিৎ থোক্লে।
উচেক থোংলে।

লৈনম লাক্লে।
ষঙ্গোম হাউই।
নুংশিং ঈংই।

করি উই? রাফম মঙা উই। করম পোরকই? মিংন নুমিৎ থোকপা উ, নানা উচেক খোঙবা তা, নাতোম্ব লৈনম ফং, লৈয়েংন ষঙ্গোম মহাউ তং অদুগা উন্ন নুংশিংকী অরিংব থেংন পূক্ত মথং মথং নুমিৎ থোক্লে, উচেক থোং-লে, লৈনম লাক্লে, ষঙ্গোম হাউই অমদি নুংশিং ঈংই হাঙ্গীবা খঙবা পোকই। অখঙবা অদূ ফোঙনাংবদগা রা ঙাঙথোক-পদা থোরকপনি। রা ঙাঙথোকপদা থোরক্লিবা রাফমশিং অসিবুদি করি কৌনৈ? পূক্ত খঙবা রানা মওং তানা লোম্থোকপদা থোকপনা লোল কৌনৈ। অদূনদি লোল হাঙ্গীবগা করি খঙনফম থোকই? পূক্তি খঙবা রানা মওং তানা লোম্থোকপদা থোকপা রারোল খঙনফম থোকই।

লোল পূক্ত খঙবা রানা মওং তানা লোম্থোকপদা থোকপা রারোন্নি। (ক)

অমুক্ম্ য়েংসি

অঙাং অসি ফগনি।
ঐ এম, এ য়োনা তমগনি।
লৈ অসী ফজৈদা।

করি অমুক উই? রাফম অহুম উই। করম থোরকই? অঙাংদ ফগদবা মওং উ, মবুক্ত এম, এ তমগে নীং অদুগা

লৈদা ফজব উ অঙাং অসী ফগনি, ত্রি এম, এ য়ৌনা তমগনি অমদি লৈ অসী ফজৈদা হাঙ্গৈবা পূক্ত মথং মথং থনবা, নীংবা অমদি পানবা পোকই। অথনবা, অনীংব অমদি অপানবা ফোঙনাংবদগী ৱা ঙাঙথোকপদা থোরকপনি। অদূদি মখোয় অসীগু লোল :কৌগদরা ? কৌগনি। করিগী ? পূক্ত থঙবা ৱানা মওং তানা লোম্থ'কপদা মমাঙগী ৱাফম মঙা থোকপগুম মখোয় অসী পূক্ত থনবা, নীংব অমদি পানবা ৱানা মওং তানা তানা লোম্থোকপদা থোরকপা ঙাক্তি। অদূনদি লোল হাঙ্গৈরগা পূক্ত থনবা, নীংব অমদি পানবা ৱ'না মওং তানা তানা লোম্থোকপদা থোরকপা ৱারোন্দূবুগু খঙনফম থোক-ইদনা ? থোকই।

লোল পুক্ত থনবা, নীংব অমদি পানবা ৱানা মওং তানা তানা লোম্থোকপদা থোকপা ৱারোন্ন। (খ)

(ক) দা করি হাঙ্গৈখি ? লোল পূক্ত থঙবা ৱানা মরোন তানা লোম্থোকপদা থোকপা ৱারোন্ন হাঙ্গৈখি। (খ) দনা করি হাঙ্গৈরি ? পূক্ত থনবা, নীংব অমদি পানবা ৱানা মওং তানা তানা লোম্থোকপদা থোকপা ৱারোন্নি হাঙ্গৈরি। অদূনদি লোল পুক্লোল ফোঙবা ৱারোন্নদনা ? মানি।

লোল পুক্লোল ফোঙবা ৱারোনানি।

## মৈতৈলোল

য়েংসি

কৈ কচে।

আই তংলে।
ঐ ওই।
মই যাও।
আমি যাই।
মৈঁ জাতা হুঁ।
ঐ চংলি।

করি ফংই? **বারোল** মখন তরেং ফংই। মরোল করি করি হাঙৈরিবা খঙবরা? ইকোন-কোনবগী নত্তনা অতৈগীদি খঙদে। ইকোন-কোনবগীদি করি হাঙৈরিবা? **ইশানা চংপ হাঙৈবা থবক তৌই** হাঙৈবনি। হাঙৈরিবা মরোল অসী **খোংজাইনা মকোক্কাসিনা, কবুইনা মথংগীসিনা, টাখুন্ন মরক্কীসিনা, তেখাউ (আসামী) না ময়াইগীসিনা, ময়াং (বাঙ্গালী) না মৈকোক্কীসিনা, দেশৱালী (হিন্দুস্তানী) না মৈয়াইগীসিনা** ফোঙই। অদূনদি করি খঙলে? **মীরুপ মীরুপকী মরন্নাই লোল অমমম লৈ** হাঙৈবা খঙলে। হৌজিক্তি লোন্সক করম তাক্কনি খঙলবরা? খঙলে। খোঙজাইগী লোনবু **খোংজাইরোল, কবুইগীবু কবুইরোল,** টাঙ্খুনগীবু **টাঙ্খুল্লোল,** তেখাউগীবু **তেখাউরোল, ময়াঙ্গীবু ময়াংলোল** অদুগা দেশৱালীগীবুনা **দেশৱালীরোল** হাঙৈনা তাক্কনি। অদূনদি মৈতৈগীবুদি **মৈতৈরোল** কৌরোইদরা? কৌগনি।

**মৈতৈরোল মৈতৈগী লন্নাই লোন্নি।**

# মৈতৈ লোন্মিৎ

চাউবা লাকপা উবদা করি হাঙ্গৈনে?

চাউবা লাকই

হাঙ্গৈনে। করিগীনো? লাকপা

নিপাদ্ চাউবনি খঙবনি। চাউবনি হাঙ্গবদি কবম্ন খঙই? শবফম্ন খঙই। শকফমদি করিনা খঙই? মিৎন উবদগী খঙই। অদুদি মিৎ শকখঙনবা মরম্নদনা? মানি।

মিৎ শকখঙনবা মরম্ন।

মিৎ শকখঙনবা মরম ওইবনা পোৎশক খঙনবা মরম ওইবা পোত্তাদা অখঙ অহৈশিংন মিৎ থোন্নে। লম মশক খঙনবা মরম্মুল ম্মৎ অদুগা তু মশক খঙনববুন তুমিৎ কৌই। খঙলেদনা? খঙদে। অদুদি লোন্মিৎ হাঙ্গরগা করি খঙনফম থোকই। লোন্সক খঙনবা মরম হাঙ্গবা খঙনফম থোকই।

লোন্মিৎ লোসক খঙনবা মরাম্ন।

লোন্মিৎ হাঙ্গবা রাহৈ মমাঙদা মৈতৈ হাঙ্গবা অমা হাপচিন্সি

## মৈতৈ লোন্মিৎ

করি খঙনফম থোক্লে? মৈতৈরোল মশক খঙনবা মরম হাঙ্গবা খঙনফম থোক্লে। মৈতৈরোল খঙনবা মরমদি করি ওইফম থোকই? মৈতৈরোল মরম তাকপা লাইরক ওইফম থোক্লা? থোকই।

মৈতৈ লোন্মিৎ মৈতৈরোল মরম তাকপা লাইরিক্কি।

## হৰ্জনবা

(ক) মরোন্নাইবা খোনফম্গী বাহৈ কৌই।
(খ) বারোন্তাবা বাহৈ-পরেংবু বাফম কৌই।
(গ) পূক্রোল ফোঙবা বারোনবু লোল কৌই।
(ঘ) মৈতৈগা লন্নাই ওইবা লোনবু মৈতৈরোল কৌই।
(ঙ) মৈতৈরোল মরম তাকপা লাইরিকপু মৈতৈ লোন্মিৎ কৌই।

## নৈননবা

(১) খোল্ল করিনো?
(২) খোন্নগা খোনফমগা করি হৈন্নৈ?
(৩) খোনফম পুম্মক বাহৈবা?
(৪) বাহৈ পরেংগা বাফমগা মশারা?
(৫) বা করিনো?
(৬) বা গা লোন্নগা অমত্তরা?
(৭) কর খঙবৈ
(ক) বা; (খ) বাহৈ; (গ) বাফম; (ঘ) বারোল; (ঙ) লোল; (চ) লোন্মিৎ।

# অঙাঙ্গী মৈতৈ লোন্মিং

## অহানবা মতাং

### অহানবা তাঙ্কক

### ময়েক

হাঙ্গৈসি

ইমা।

কবিনো? ৱাহৈনি। ৱাহৈ ওইরবদি খোনফম্নিদনা? মানি। খোনফম অসিদি করি করিনা থোকই? ই, মৃ, আ অহুম্ন তিন্দুনা থোকপনি। ই, মৃ, আ হাঙ্গৈরিবসিদি করিনো? খোন মপানি। খোন মপা হাঙ্গৈবদি করিনিনা? খোঙ্গা থাইবা য়াদবা, খোনফম অতৈ অতৈ থোকপদা চনবা খোন্দানি। খোন মপা হাঙ্গৈরিবশিং অসৌদি করম ইনৈ? খোন্দা খোন্দা অদূগী থোকফম অমদি মহাঙ্গৈ য়েংদুনা খূদম অমমম্ন মশক তম্লে। খূদমশিং অদূবুনা করি কৌনরিবা? খোন মপাশিংগী অয়েকপা শকফম্নি হাঙ্গৈদুনা ময়েক কৌনৈ। অদূনদি ময়েক হাঙ্গৈরগা করি থণ্ডনফম থোক্লে? ময়েক হাঙ্গৈরগা খোন মপাশিংগী মশক তম্ব খূদম থণ্ডনফম থোক্লে।

ময়েক খোন মপা মশক তম্ব খূদম্নি।

## মখল

পাসি

অ; ই; উ; ........

মখোল করম থোকই? মরন্নাই মখোল থোকচৈ।

অতৈ অমা অমুক পাসি

ক; কি; কু;........

মখোল হন্দক্কি করম থোকই? মথক্কী ময়েক্সিংদোনা মরন্নাই মখোল থোকচবরা? থোক্কে। অদূদি করম তোই? মরন্নাই মখোল থোকপা অমা চঙলগা থোকই। মকোকথংবা ময়েক্ক অ, ময়াই-থংবদা ই, মমৈ-থংবদা উ, চঙজনা মখোল থোকপনি। চঙদ্রবদি মখোল ইথোক থোক্করোইদরা? থোক্লোই।

অদূদি ময়েক্ক মরন্নাই মখোল থোকপা অমা, থোক্কবা অমা, মখল অনী স্লুইদনা? স্লুই।

ময়েক মখল অনানি: অমনা মরন্নাই মখোল থোকই অতুগা অমনা থোক্কে। মরন্নাই মখোল থোকপা ময়েকপু কার কৌই? মরন্নাই মখোল অমা পুবনা খোনবূ কৌনৈ। মরন্নাই মখোল থোক্কববুদি করি হাঙৈনৈ? খোনবূগী খোনফম য়াবনা খোনয়া হাঙৈনৈ। অদূনদি খোনবূ হাঙৈরগা মরন্নাই মখোল পুবা, খোনয়া হায়রগনা খোনবূ মখোল য়াবা ময়েক খঙনফম থোক্লেদনা? থোক্লে।

খোনবূ মরন্নাই মখোল পুবা ময়েক্কি।

খোনয়া খোনবূ মখোল য়াবা ময়োক্কি।

## মপা

য়েংসি

অ ; ই ; উ ; ঋ ; ৯ ;
... ... ... ... .... ...
ক ; খ ; গ ; ঘ ; ঙ ;
... .... ... ... .... ...
.... ... ... .... .... ...
... ... ... ... ... ...

ইরিবশিং অসি মৈতৈময়েক্কা ? নত্তে। অদুদি করি ময়েক্কো ? বাঙ্গলা ময়েক্‌। বাঙ্গলা ময়েক ওইরবদি বাঙ্গলা-গা মপা পারগদরা ? পারোই। করিগী ? বাঙ্গলা ময়েক ওইরবশু মৈতৈ ময়েক্কী মরেং পুরবনিনা মৈতৈগী মপাদা পাবা তারে। হাঙ্গৈরিবা মপা অনা অসিদি করিদা থেন্নে ? বাঙ্গলাগানা থো পুল্লপ্পা অদুগা মৈতৈগানা চান্দ কাওনা পাই। বাঙ্গলাগা মপাদা অ ও গা থোহ্নোনি, ক না কো গা থোহ্নোনি।

## খোনবু

### মশক অমদি মসীং

ইসি

অ ; ই ; উ ;
ঋ ; ৯ ;
আ ; ঈ ; ঊ ;

এ ; ও ;
ঐ ; ঔ ;

মথক্ত ইরিবশিং অসি পাবদা করম তৌই ? মরন্নাই মখোল থোকই। মরন্নাই মখোল থোকপা ময়েকপু করি কৌনৈ হাঙ্ঈখিবা ? খোনব্ কৌনৈ হাঙ্ঈখি। অদূদি মখোয় অসি খোনব্ ঙাক্লিদনা ? মানি। হৌজিক মৈতৈরোন্দ শাজিন্নরিবা খোনব্গী মশক খঙলবরা ? খঙলে, মথক্ত ইরিবশিং অসিনি।

মসীংদি কয়া সুই ? তরানিথোই সুই। অদূনদি মৈতৈ-রোন্দ খোনব্ মসীং তরানিথোইনদনা ? মানি।

খোনব্ মসীং তরানিথোইনি।

থোকফম অমদি মপা

ফাসি

অ, আ গী খো ;
ই, ঈ গী ঙো ;
উ, ঊ গী চীন ;
ঋ কোক, ঌ য়া ;
এ, ঐ খোঙো ;
ও, ঔ খোচান

করি হাঙ্ঈরিবনো খঙবরা ? অ, আ পোকপনা খোদনি ; ই, ঈ থোকপনা ঙোদনি ; উ, ঊ লাকপনা চীন্দনি ; ঋ ফাওবনা কোক্তনি ; ঌ ফোঙবনা য়াদনি ; এ, ঐ হৌবনা খোঙো

পাননি; ও, ঔ শাৎপনা খৌচৌল পাননি হায়বনি। খঙলেদনা? খঙলে।

হৌজিক্কি মপা করম পানি য়েংসি

অ; অ+অ=আ;
ই; ই+ই=ঈ;
উ; উ+উ=ঊ;
ঋ;
ঌ;
অ+ই=এ; আ+এ=ঐ;
অ+উ=ও; আ+ও=ঔ।

মথক্কীসি মরোল খঙবা ওস্বরা? অ দা চঙবা মতমগী শরুক অনী আ দা চঙই; ই দা চঙবা মতমগী শরুক অনী ঈ দা চঙই; উ দা চঙবা মতমগী শরুক অনী ঊ দা চঙই; ঋ গা ঌ গদা চঙবা মতম্ন অ, ই, উ দা চঙবা মতমদূদনি হাঙ্গৈবনি; অদূগা অ গা ই গা অনীগী অপূনবা মহাঙ্গৈ অমদি মতম্ন এ গী, আ গা এ গা অনীগী অপূনবা মহাঙ্গৈ অমদি মতম্ন ঐ গী, অ গা উ গা অনীগী অপূনবা মহাঙ্গৈ অমদি মতম্ন ও গী অদূগা আ গা ও গা অনীগী অপূনবা মহাঙ্গৈ অমদি মতম্ন ঔ গীনি খঙহনবনি।

অদূনদি হাঙ্গৈরসি
চৌন্দ কাৎলপ খোদা হাঙ্গৈসি অ;
খো পোৎলপ অ গী মতম অনী চঙনা হাঙ্গৈস আ।
লৈ ঙৌদা তম হাঙ্গৈসি ই;

ই গী মতম অনী চঙনা হাঈসি ঈ।
চীল খোঙ্গ সারপ হাঈসি উ;
উ গী মতম অনী চঙনা হাঈসি ঊ।
লৈ য়্যাবমখে থুপকৎ থক্ত হাঈসি ঋ;
লৈনা য়্যাদা ঙা হাঈসি ৯।
খোঁগা ঙোগা পূন, অ গা ই গা অনীগী মতম
চঙনা হাঈসি এ;
খোঁগা ঙোগা পূন আ গা এ গা অনীগী মতম
চঙনা হাঈসি ঐ।
খোঁগা চীনগা পূন অ গা উ গা অনীগী মতম
চঙনা হাঈসি ও;
খোঁগা চীনগা পূন আ গা ও গা অনীগী মতম
চঙনা হাঈসি ঔ।

## মখল

মথক্ত নৈনখ্রিবা মপা অসিদগী করি খঙবা ঙম্মি? অ, ই, উ, ঋ, ৯ হাঈবদনা মতম তেন্ন চঙই; আ, ঈ, ঊ, এ, ঐ, ও, ঔ হাঈবদনা শাংনা চঙই হায়বা খঙবা ঙম্মি। অদূনদি মতম চঙথোক-চংশিল য়েংদুনা খোনবু মখল কয়া থোকপা য়াই? অনী থোকপা য়াই। অদূনদি খোনবুবু অতেনবা (তেন), অশাংবা (শাং) হাঈনা মখল অনী খাঈবা য়াইদনা? য়াই। অতেনবদি করি করি তারে? অ, ই, উ, ঋ, ৯ তারে। অশাংবনা করি করি তারে? আ, ঈ, ঊ, এ, ঐ, ও, ঔ তারে।

খোনব, অতেনবা অমা, অশাংবা অমা মথল অনীনি।
অতেনবা অ, ই, উ, ঋ, ঌ নি।
অশাংবনা আ, ঈ, ঊ, এ, ঐ, ও, ঔ নি।

চৌন্দ পুসি

খোনব, তেন-শাং।
অ, ই, উ, ঋ, ঌ, তেন;
আ, ঈ, ঊ, এ, ঐ, ও, ঔ শাং।

## খোল মহাঙ্গ

পাসি

| | | |
|---|---|---|
| অ | খঙলে। | ( অ = অ ) |
| অ | করি হাঙ্গয়ে? | ( অ = ২ অ ) |
| অ | করিনো অদুবুনে? | ( অ = ৩ অ ; ৪অ ;........ ) |
| চাউবা | আ চংখি | ( আ = আ ) |
| চাউবা | আ চংখি | ( আ = ২ আ ) |
| চাউবা | আ চংখি | ( আ = ৩ আ ; ৪ আ ;........ ) |

অ অতেনবা নত্রা? মানি। অদুদি অ অহুম্মক তেন্ন অহুম মহাঙ্গরবরা? হাঙ্গদে; মকোক্কীনা তেন্ন, ময়াঙ্গগীনা শাংন, মতোনগীনা চিংন-তাম্ন হাঙ্গ। আ গীদি করম হাঙ্গ? অহান্‌বনা মশাগী অতাবা মহাঙ্গদা, মথঙ্গীনা মশাগীদগী শাংদোক্ন, মমৈগীনা তাম্ন চিংন হাঙ্গ। অদুনদি করি খঙলে। অতেনবশু অশাংবশু খোল মহাঙ্গ অহুম অহুম চংলি; তেন্ন, শাংন,

চিংন হাঙ্গৈবা য়াই। অদূনদি খোনবূ খূদিংমক্কী খোল মহাঙ্গ অহুম্নিদনা? মানি।

খোনবগী অতেনবা অমা, অশাংবা অমা, অচিংবা অমা খোল মহাঙ্গ অহুম্নি।

শম্ন খঙসি

খোল মহাঙ্গ তেন-শাং-চিং।

## খোল মরোল

য়েংসি

চাউবা মচল চাল্লি।
হিদাক মচল স্থরবরা?
কাংখোল মচল লূই।

মথক্কী ৱাফম অহুম্মক্নিদা শক্তিন্নবা ৱাহৈ করম্বা য়াওরি? মচল য়াওরি। ৱাফম অহুম্মক্ত খোম্থোক অমত্তরা? নত্তে। অদূদি করম তৌই? মকোকথংব ৱাফমদা ম শু চল শু নেম্মি; ময়াঙ্গ থংবদা ম শু চল শু ৱাংই; মমৈথংবদনা ম শু চল শু অনেম অৱাং অনীগী তাল্লক্ত লৈ।

ৱাহৈ অসিদা চল্লিবা ময়েক্তি করি করিনো? ম, অ, চ, অ, ল নি। অদূদি অ অনী অসী অমুক নেম, অমুক ৱাং অদূগা অমুক মরক ওইনা মখোল থোকপা তাইদনা! থোকইবমক্তি।

অমুক্ষ্ যেংসি

চাউবা মপা নীংই।

মাগা মাগা মপানি।

লাইরিক মপা হৈয়ু।

শক্ষ্ৰান্নবা করম্ব ৱাহৈ ৱাফম অহুম্মক্ত য়াওই। মপা য়াওই। মসীগু খোম্ঝোক মরোল নাইবরা? নাই। মথক্কী ৱাফমদা নেম্মি;ময়াঙ্গীগীদা ৱাংই; মমৈগীদনা অনেম, অৱাং অনীগী তাল্লক চংলি।

ৱাহৈ অসিদা চল্লিবা ময়েক্ক করি করিনো? ম্, অ, প্, আ নি। অদুদি আ অসীগু অমুক নেম, অমুক ৱাং অদুগা অমুক মরক ওইনা চংলিদনা? চংলি।

হৌজিক্কি থক, খা অনীগী খুদমশিংদগী করি খঙবা ঙম্মে? খোনবু অতেনবগু অশাংবগু খোল মরোল অহুম অহুম পুই হাঙবা খঙলে। অদুনদি খোনবুগী অনেম্ব, অৱাংব অমদি তাল্লক হাঙবা খোল মরোল অহুম্মিদনা? মানি।

খোনবুগী অনেম্ব, অৱাংব অমদি তাল্লক হাঙবা খোল মরোল অহুম্ম।

মুপচিন্ন হাঙসি

খোল মরোল নেম-ৱাং-লক।

## খোন মথা

য়ারোমদা অমুক, নাতোল্লোমদা অমুক হাঙসি

অ ; ই ; উ।

খোঙ্খোক মাঙ্গবরা? মান্নদে। করিদা খেন্নৈ? নাতোল্লোমদনা ওংই, য়ারোমদনা ওংদে। অদুদি করি খঙবা ঙম্মি? খোনবৃশিং অসি নাতোল্লোমদশু য়ারোমদশু অনীখোক্ক পাবা য়াই হাঙৈবা খঙই। অদুনদি খোন মথা মতুং ইন্ন খোনবৃশিং অসী নাতোন্দ খোকপা হাঙৈব'মগা য়াদা খোকপা হাঙৈব'মগা কাঙলূপ অনা তাবা য়াইদনা? য়াই।

খোনবূ নাতোন্দ খোকপা হাঙৈব'মগা য়াদা খোকপা হাঙৈব'মগা কাঙলূপ অনীনি।

শন্ন খঙসি

খোন মথা য়া-নাতোল।

নাতোন্দ হাঙৈবা ময়েক্সিংদি মকোক্ত থা মচেৎ সাবা থুদম ঁ অসী তোম্পি। অদুনা নাতোন্দ হাঙৈগদবা অ, ই, উ নচিংবদি ইনৈ

অঁ ; ইঁ ; উঁ।

চন্ন

য়েংসি

অ
আ = া ;
ই = ি ;
ঈ = ী ;

ঊ = ূ;
উ = ু;
ঋ = ৃ;
৯ = ৢ;
এ = ে;
ঐ = ৈ;
ও = ো;
ঔ = ৌ;

য়েংলোমদ ইরিবশিংসি খঙবরা? মখোয়শিংসি খোনবুশিংন খোনয়াদা চঙবা মতমদা ওইবা শককম্নি। অদুনা খোনবুগী শায়োল হাঙৈনা খঙনৈ। শায়োল হায়বদি মরোল খঙবরা? মশানা ওনবা হাঙৈবনি। অদুদগী া বু আগী শায়োল, শম্ন আরোল কৌনৈ। অদুগুম ি বু ইরোল, ী বু ঈরোল, ু বু উরোল, ূ বু ঊরোল, ৃ বু ঋরোল, ৢ বু ৯রোল, ে বু এরোল, ৈ বু ঐরোল, ো বু ওরোল অদুগা ৌ বু ঔরোল, কৌনৈ। অ গীদি শাওল লৈতে; খোনবু অতৈ চঙদবা খোনয়া পুম্নমক্ক লৈ হাঙৈনা অদুম মখঙনৈ।

## খোনয়া

### মশক অমদি মসাং

ইসি

ক, খ, গ, ঘ, ঙ;

চ, ছ, জ, ঝ, ঞ;
ট্, ঠ্, ড্, ঢ্, ণ্;
ত্, থ্, দ্, ধ্, ন্;
প্, ফ্, ব্, ভ্, ম্;
য্, র্, ল্, ৱ্;
শ্, ষ্, স্, হ্;

মথক্তে ইরিবশিংসি পাবা য়াবরা? য়াদে। পাগে হাঙ্গৈরবদি করম তৌনি? অ হাপচিন্দুনা পাগনি। অদৃদি মরম্নাই মখোল খোক্কেদনা? খোক্কে। মরম্নাই মখোল খোক্কবা চঙলকপা খোনবু মখোল য়াবা ময়েক্সিংবুদি করি হাঙৈনা খঙনৈ হায়নখি? খোনয়া হাঙৈনা খঙনৈ হাঙৈখি। অদূনদি মখোয় অসি খোনয়া ময়েক্কিদনা? মানি।

অমুক্ষু ইসি

ড়, ঢ়, য়;

মখোয় অসীগা মান্নবা থক্কী ময়েক্সিংদ য়াওবরা? পূন্যান্মক মান্নবদি নত্রবগু য়াওই। করি করিনো? ড, ঢ, য নি। পূম্মান মান্নদ্রিবদি করি তৌবননো? মনীংদ • অমমম তোপ্পননি। তোপ্পি-বসিদি করিগীনো খঙবরা? র মক্তি নক্তবা র অতৈ ৱাংহৈগী খোম্মোক্ত চঙবদগী • ভপ্পুনা সেম্বনি। অদুগুম্ব মরম অমদগী য় গু যদা • হাপ্পুনা খোকপনি।

ইথখিসি

ঁ, ৎ, ঃ

মখোয় অসীদি করম পাই ? অঁ, অৎ, অঃ হাঙ্গৈনা পাই। করিগীনো ? মরন্নাই মখোল থোক্তবননি। থক্কী ময়েক্সিঙ্গী মপাগদি করি খেন্নে ? থক্কীশিঙ্গী মপানা অ অমা মশা মশাদা হাপচিন্দুনা পাই অদুগা মখোয়শিং অসীগীদমা অ অমা মশা মশাদা নত্তনা মমাঙ মমাঙদা হাপ্তুনা পাই। অ শিং অদূগী খোম্থোক্তি করম করম তৌই ? ঁ চেনবা অ না মচেক ওইনা নাতোন্দ, ৎ চেনবনা মপুং ওইনা নাতোন্দ থোকই অদুগা ঃ চেনবনা য়াংন থংহাঙ্গি হাঙ্গৈদোকই। অদুনদি করি খঙবা ঙম্মি ? মমাঙ চৎপ থোনবুগী থোঙ্লাই তাকই হাঙ্গৈবা খঙই। অদুনদি মখোয় অসো থোঙ্লাই তাকপা ময়োক্লদনা ? মানি।

অমুক্ম ইথখিসি

ৎ;

অসীমনা করম পাই ? অৎ হাঙ্গৈনা পাই। করিদা শীজন্নে ? ত্‌ না মমৈখোম্ব থোনফমদা শীজন্নে। অদুদি ত্‌গী শায়োননিদনা ? মানি। অদুনদি ত্‌ লৈ হাঙ্গৈবা তাকপদনিদনা ? মানি।

মশাদা অ হাপ্তুনা পাবা ময়েক্ক অ দা চঙহনা পাবগা পূম্নমক্ক পূম্ন কয়া স্কুরে ? মথক্ত কুন্থ্রাভমদোই, মথংদ অহুম, মথং অমদা অহুম অদুগা অরোইবদা অমা পূম্নমক্ক নীফুনি।

নীফ্‌ অসী মশা মরন্নাই মখোল থোক্কবা ঙাক্লিদনা? মানি। মরন্নাই মখোল থোক্কবা ময়েকপু করি কৌই হাঙ্গখি? খোনয়া কৌই হাঙ্গখি।

খোনয়া মসাং নীফ্‌নি।

**খঙ্গদবা**:—মৈতৈ ময়েক তশেংবদদি ত্‌গী শায়োল ২ নৈবগুম ক্ ঙ্‌নচিংব থরগীগু শায়োল নৈ। অদুবু চৎনরিবা ময়েক পরেং অসদা মথোয়গী মশক উৎপা য়াবা নৈতবনা উৎপগু উত্রে অদুগা মসাংদগু চত্রে।

## থোকফম

খঙসি

ক, খ, গ, ঘ, ঙ বু করুপ কৌই;
হাঙবনা ঙৌদা হাঙনি।

হ গা ঃ গা অনাগু খৌদা হাঙবা ময়েক্লি।

চ, ছ, জ, ঝ, ঞ বু চলুপ থোক্লি;
থোকপনা ঙৌদা থোকই।

য গা শ গা অনাগু ঙৌদা থোকপা ময়েক্লি।

ট, ঠ, ড, ঢ, ণ বু টলুপ হাঙনৈ;
পোকপনা কোক্তু পোকই।

র গা ষ গা অনাগু কোক্তু পোকপা ময়েক্লি।

ত, থ, দ, ধ, ন না তলুপ থঙনৈ;
হোবনা য়াদা হোই।

ল গা স গা অনীশু য়্যাদা হোৱা ময়েক্কি।
প, ফ, ব, ভ, ম বু পরুপ কৌনৈ;
চান্দ থোকপা ময়েক্কি।

ৱ না থোকপনা চীনগা য়্যাগা পাননি।
ঙ, ঞ, ণ, ন, ম দি নাতোল্লোম চৎপনি;
ঁ গা ং গা অনীশু নাতোন থোকপা ময়েক্কি।

## খোল মহাঙ্গ অমদি মথল

পাসি

ক, গ, ঙ;
চ, জ, ঞ;
ট, ড, ণ;
ত, দ, ন;
প, ব, ম।

খোনফম করম থোকই? মেওনা থোকই।

অতৈ অমুক পাসি

খ, ঘ;
ছ, ঝ;
ঠ, ঢ;
থ, ধ;
ফ, ভ;

হন্দক্কি খোনফম করম থোকই? হক্রু থোকই।

থক্কী অসীদগী করি খঙবা ঙম্মি ? লূপ লূপকী মকোক, ময়াঙ্গ, মতোন্ন থোনফম মেঙনা থোকই অদূগা মরক অনী-না হক্ক থোকই হাঙ্গবা খঙবা ঙম্মি। অদূদি লূপময়েক মথল কয়া তাবা য়াই ? অমেঙবা হাঙ্গব'মগা অহকপা হাঙ্গব'মগা অনী তাবা য়াই।

লূপ লূপ্ত অমেঙব'মগা অহকপ'মগা ময়েক মথল অনীনি।

অমেঙবনা মকোক, ময়াঙ্গ, মতোন্নি।

অহকপনা মরক অনীনি।

করুপ্ত ক, গ, ঙ না অমেঙবা খ, গ না অহকপনি ;
চলুপ্ত চ, জ, ঞ না অমেঙবা ছ, ঝ না অহকপনি ;
টলুপ্ত ট, ড, ণ না অমেঙবা ঠ, ঢ না অহকপনি ;
তলুপ্ত ত, দ, ন না অমেঙবা থ, ধ, না অহকপনি ;
পরুপ্ত প, ব, ম না অমেঙবা ফ, ভ না অহকপনি।

লূপ মঙাগী ময়েক্সিং অসি অমুক্তংদগা পাদুনা য়েংসি। মখোয় অসী হাঙ্গদোকপদা চীল মফম লোইনা শোক্তরা ? শোকই। মখোয়বু করি কৌনৈ খঙবরা ? হাঙ্গদোকপদা চীলগী মফম পূম্নমক শোকপনা অশোকপা কৌনৈ।

অশোকপা ময়েক লূপ মঙাগী ময়েক কুম্মঙানি।

শম্ম খঙসি

করুপ, চলুপ, টলুপ, তলুপ, পরুপ অশোকপা।

অতৈ অমুক পাসি

য, র, ল, ৱ;

খোঙ্হোক করম তৌই? খোনবুগী খোঙ্হোক্ত খোনয়াগীগা অনাগী তাল্লক ওইনা চত্রা? চৎলি। মখোয়সিবু করি কৌনৈ খঙবরা? খোনবুগী খোঙ্হোক খোনয়াগীগা অনীগী তাল্লক চৎপনা তাল্লক-চৎপ ময়েক কৌনৈ।

খোনবু-খোনয়া অনীগী তাল্লক-চৎপ ময়েক য, র, ল, ৱ নি।

শন্না খঙসি

য, র, ল, ৱ তাল্লক

অতৈ অমশু পাখিসি

শ, ষ, স, হ;

মখোয়সিগী খোঙ্লাইদা খ্বাইগা মান্নদবা মওং করম্ব অমা য়াওই? হাঙ্গৈদোকপদা সোরদা অশাবা অমা ফাওদ্রা? ফাওই। মখোয়সিবুদি করি হাঙ্গৈনা খঙনৈ? হাঙ্গৈদোকপদা অশাবা অমা চেন্নবনা অশাবা ময়েক হাঙ্গৈনা খঙনৈ।

হাঙ্গৈদোকপদা শাবা ময়েক শ, ষ, স, হ নি।

শন্না ফাসি

শ, ষ, স, হ অশান্বা।

## তপ্ন্বা

য়েংসি

ক্ক।

করিনোসে ? ক্ গা ক্ গা অনী তপ্নবনি। অসীগুম্ব ময়েক অসীবু করি কৌনৈ ? তপ্নজ্বা ইবনা তপ্নবা ময়েক কৌনৈ।

ক্ গা ক্ গা তপ্নদুনা ক্ক ওই। ক্ গা খ্ গা তপ্নরবদি করি ওই ? ক্ গা ক্ গগীদি তপ্নদুনা ইবা মওং লৈরবশু ক্ গা খ্ গগীদি লৈতে। করিগীনো ? তপ্নবদা খুৎলোয়রবা অমদি খোন ফাৎসিন্নবদনা তপ্নবনি; নত্তবদদি তপ্নদে। অদূনদি করি খওই ? ময়েক তপ্নবা য়ারবশু অমগা অমগা পওতপ্ত তপ্সিন্ন-বদি নত্তে; তপ্নদুনা ইবা ময়েক মশক নাই।

**তপ্নবা ময়েক মশক নাই।**

### ক গা তপ্নবা ময়েক

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ক্ | গা | ক্ | গা | ক্ক | চক্কা, পক্কা; |
| ক্ | ,, | ত্ | ,, | ক্ত | কোক্তা, শক্তা; |
| ক্ | ,, | ন্ | ,, | ক্ন | ফক্না, মুক্না; |
| ক্ | ,, | ম্ | ,, | ক্ম | হাক্ম, হেক্ম; |
| ক্ | ,, | য্ | ,, | ক্য | ক্যাংলিকফাৎ, ক্যাম্লৈ; |
| ক্ | ,, | র্ | ,, | ক্র | ক্রংক্রং, উক্রোৎ; |
| ক্ | ,, | ল্ | ,, | ক্ল | অক্লা, কক্লাই; |
| ক্ | ,, | ৱ | ,, | ক্ৱ | ক্ৱা, ক্ৱাক্; |

ক. গা ষ. গা ক্ষ. ক্ষত্রী, ভিক্ষা ;
ক. „ স্ „ ক্স. কক্সাবি, ফক্সা।

## খ গা তপ্নবা ময়েক

খ. গা য্ গা খ্য খ্যাও খ্যাও, ব্যাখ্যা ;
খ. „ র্ „ খ্র খ্রুং খ্রুং, খ্রো খ্রা ;
খ. „ ৱ. „ খ্ৱ খ্ৱাং, খ্ৱাই।

## গ গা তপ্নবা ময়েক

গ গা ন গা গ্ন অগ্নি, ভগ্নাংশ ;
গ. „ য. „ গ্য. গ্যাও গ্যাও, গ্যাস ;
গ. „ র্ „ গ্র. গ্রেং গ্রেং. গ্রোং গ্রোং ;
গ. „ ৱ. „ গ্ৱ. গ্ৱায়, গ্ৱাল।

## ঘ গা তপ্নবা ময়েক

ঘ গা য গা ঘ্য অর্ঘ্য ;
ঘ „ র „ ঘ্র ঘ্রানী।

## ঙ গা তপ্নবা ময়েক

ঙ গা ঙ গা *ঙ্ঙ ইঙ্ঙো, ইবুঙ্ঙো ;
ঙ „ ক „ ঙ্ক অঙ্ক, অঙ্কোং ;
ঙ „ খ „ ঙ্খ পঙ্খা, চোঙ্খা ;
ঙ „ গ „ ঙ্গ মঙ্গল, মঙ্গে ;

* মৈতৈয়োন্দ ঙ. অনী তপ্নবা শীজন্নফমদা থংনবা মমাঙ্গী খোনবুনা নাতোম্হোকপা ওইরবদি ঙ. অমত্তনা লোইবা য়াই। খোনবৃদা য়াওরবদি নাতোম্হোকপা খঙনবনা ঙ.ঙ.গী মফমদা ঁঙ পীরি।

ঙ গা ঘ গা ঙ্ঘ — জিঙ্ঘ, কাঙ্ঘান;
ঙ „ য় „ ঙ্য — ঙ্যাউ ঙ্যাউ' ঙ্যাও ঙ্যাও;
ঙ „ র „ ঙ্র — ঙ্রং ঙ্রং, ঙ্রোং ঙ্রোং।

## চ গা তপ্নবা ময়েক

চ গা চ গা চ্চ — অচ্চা, পাচ্চ;
চ „ ছ „ চ্ছ — কচ্ছনবা, চচ্ছনবা;
চ „ য় „ চ্য — চ্যৌ;
চ „ র „ চ্র — চোচ্রোবি, চ্রিক;
চ „ ব „ চ্ব — চ্বা, চ্বাংচা।

## জ গা তপ্নবা ময়েক

জ গা ঞ গা জ্ঞ — যজ্ঞ;
জ „ য় „ জ্য — জ্যা জ্যা, জ্যৌ জ্যৌ;
জ „ র „ জ্র — জ্র জ্র, জ্রো জ্রো;
জ „ ব „ জ্ব — জ্বার।

## ঞ গা তপ্নবা ময়েক

ঞ গা চ গা ঞ্চ — পঞ্চায়, পঞ্চমী;
ঞ „ ছ „ ঞ্ছ — পঞ্ছা, পঞ্ছি;
ঞ „ জ „ ঞ্জ — পঞ্জা, পাঞ্জন;

## ট গা তপ্নবা ময়েক

ট গা ট গা ট্ট — অট্টালিকা;
ট „ য় „ ট্য — ট্যাঙ্ক;

ট „ র „ ট্র   ট্রঙ্ক।

## ড গী তপ্পবা ময়েক

ড গা ড গা ড্ড   অড্ডা ;

ড „ র্ „ ড্র   ড্রম।

## ণ গা তপ্পবা ময়েক

ণ গা ণ গা ণ্ণ   যণ্ণাং, যণ্ণাউ ;

ণ „ ট „ ণ্ট   অণ্টার্টিক ;

ণ „ ঠ „ ণ্ঠ   কণ্ঠি, যণ্ঠি ;

ণ „ ড „ ণ্ড   কুণ্ড, পাণ্ডা ;

ণ „ হ „ হ্ণ   কহ্ণাই।

## ত গা তপ্পবা ময়েক

ত গা ত গা ত্ত   কত্তবা, চত্তবা ;

ত „ থ „ ত্থ   চত্থবা, পত্থবা ;

ত „ ন „ ত্ন   কত্নবা, চত্নবা ;

ত „ ম „ ত্ম   চত্মনবা, ফত্মন্দবা ;

ত „ য় „ ত্য   ত্যাগ, সত্য ;

ত „ র „ ত্র   ত্রং ত্রং, ত্রোং ত্রোং ;

ত „ ল „ ত্ল   তত্লবা, কত্লবা।

## থ গা তপ্পবা ময়েক

থ গা য় গা থ্য   মিথ্যা ;

থ „ র „ থ্র   থ্রক থ্রক, থ্রোক থ্রোক ;

থ „ ব „ থ্ব   থ্বা ;

## দ গা তপ্নবা ময়েক

দ গা দ গা দ্দ খদ্দর ;
দ „ ধ „ দ্ধ উদ্ধব, উদ্ধার ;
দ „ ন „ দ চাদ্ চাদ্ পাদ্ পাদ ;
দ „ ম „ দ্ম পদ্ম, পদ্মা ;
দ „ য় „ দ্য আদ্য, উপপাদ্য ;
দ „ র „ দ্র দ্রং দ্রং, দ্রো দ্রো ;
দ „ ব „ দ্ব দ্বায়।

## ধ গা তপ্নবা ময়েক

ধ গা ন গা ধ্ন ধ্নং ধ্নং ;
ধ „ য় „ ধ্য মধ্য, মধ্যান।

## ন গা তপ্নবা ময়েক

ন গা ন গা ন্ন কন্নৌংব, হন্নৌংব ;
ন „ ত „ ন্ত অন্ত, নীলকান্ত ;
ন „ থ „ ন্থ পন্থাং, পন্থোং ;
ন „ দ „ ন্দ চন্দন, পন্দোন ;
ন „ ধ „ ন্ধ অন্ধৌ, সন্ধি ;
ন „ ব „ ন্ব অপান্ব, অহান্ব ;
ন „ ম „ ন্ম কন্মনবা, চান্মনবা ;
ন „ য় „ ন্য ন্যায় ;
ন „ স „ ন্স কন্সনবা, পন্সনবা

## প গা তপ্নবা ময়েক

প গা প গা প্প কপ্প, চপ্প ;

প „ ত „ প্ত কপ্তবা, চপ্তবা;
প „ ন „ প্ন কপ্নোক;
প „ য় „ প্য প্যাউ;
প „ র „ প্র প্রথম, প্রধান;

ব গা তপ্নবা ময়েক

ব গা ব গা ব্ব জব্বলপুর;
ব „ য় „ ব্য ব্যয়, ব্যাস;
ব „ র „ ব্র ব্রজ, ব্রহ্মা।

ভ গা তপ্নবা ময়েক

ভ গা র গা ভ্র ভ্রম।

ম গা তপ্নবা ময়েক

ম গা ম গা ম্ম মম্মা, পেম্মা;
ম „ প „ ম্প চিনিচম্পা, পম্পাক;
ম „ ফ „ ম্ফ তম্ফা, ফম্ফম;
ম „ ব „ ম্ব কম্ব, চম্ব;
ম „ য় „ ম্য ম্যাও ম্যাও;
ম „ র „ ম্র নাম্রা, লৈম্রা;
ম „ ল „ ম্ল কম্লবা, চম্লবা।

র গা তপ্নবা ময়েক

র গা ক গা র্ক কোর্ক, পার্ক;
র „ খ „ র্খ মুর্খ;
র „ গ „ র্গ সর্গ, স্বর্গ;

র গা ঘ গা র্ঘ অর্ঘ্য ;
র " চ " র্চ চর্চ, চর্চ্চা ;
র " জ " র্জ অর্জী, জর্জ ;
র " ট " র্ট আর্ট, আর্টস্ ;
র " ণ " র্ণ কর্ণেল, পার্ণা ;
র " ত " র্ত কীর্তি (কীর্ত্তি), ভর্তি (ভর্ত্তী)
র " থ " র্থ আর্থ (অর্থ), সার্থ (স্বার্থ) ;
র " দ " র্দ পর্দা পর্দ্দা ;
র " ধ " র্ধ অর্ধেক (অর্দ্ধেক) ;
র " প " র্প কর্পূর ;
র " ফ " র্ফ কোর্ফ, কোর্ফাল ;
র " ব " র্ব থর্বোন ;
র " ভ " র্ভ সার্ভিস ;
র " ম " র্ম কর্ম (কর্ম্ম), ধর্ম (ধর্ম্ম) ;
র " য " র্য আর্য (আর্য্য), কার্য (কার্য্য);
র " ল " র্ল আর্ল, কার্ল ;
র " শ " র্শ থার্শা ;
র " ষ " র্ষ বর্ষ ;
র " স " র্স ফোর্সা (ফর্সা)

## ল গা তপ্পবা ময়েক

ল গা ল গা ল্ল কল্লবা, ফল্লবা ;
ল " য় " ল্য কল্যাণ, বরমাল্য ;
ল " হ " হ্ল কহ্লোবা, চহ্লোবা ।

### শ গা তপ্নবা ময়েক

শ গা ন গা শ্ন প্রশ্ন ;
শ „ য্ব „ শ্য শ্যাঙশ্যাঙ, শ্যাম ;
শ „ র „ শ্র চাইশ্রা, লাইশ্রা ;
শ „ ল „ শ্ল শ্লিক, শ্লীক ;
শ „ ব „ শ্ব শ্বাং, শ্বাই।

### ষ গা তপ্নবা ময়েক

ষ গা ণ গা ষ্ণ কৃষ্ণ, কৃষ্ণা ;
ষ „ ট „ ষ্ট স্বষ্টি, বৃষ্টি ;
ষ „ ঠ „ ষ্ঠ ষষ্ঠী ;
ষ „ প „ ষ্প পুষ্প ;

### স গা তপ্নবা ময়েক

স গা ক গা স্ক পুস্কর, ভাস্কর ;
স „ ত „ স্ত স্তব, পুস্তক ;
স „ থ „ স্থ স্থান ;
স „ ন „ স্ন স্নান ;
স „ প „ স্প পরস্পর ;
স „ য্ব „ স্য তস্য ;
স „ র „ স্র স্র স্র, স্রো স্রো
স „ ল „ স্ল স্লো ;
স „ ব „ স্ব স্বর্গ, সরস্বতী।

## হ গা তপ্নবা ময়েক

হ গা য গা হ্য সহ্য;
হ „ র „ হ্র হ্রাস।

থক্নী তপ্নবা ময়েক্সিং অসি ময়েক কয়া কয়ানা থোকপনো?
অনী অনীনা থোকপনি। অদূদি ময়েক অনী অনীনা তপ্সিন্ন-
বদি উরেদনা? উরে।

অদূদি অতৈ অমুক য়েংসি

ঙ্গ।

ময়েক অসি মশক খঙবরা? ঙ্, গ্, র্ অহুম তপসিন্নদুনা
থোকপনি। অদূনদি করি খঙলে? ময়েক অহুম তপ্সিন্নবগু
লৈ হায়বা খঙলে।

### ময়েক অহুম তপ্নবা

ঙ্ গা গ্ গা র গা ঙ্গ্র খোঙ্গ্রা, মঙ্গ্রা;
জ্ „ জ্ „ ব „ জ্জ্ব উজ্জ্বল;
ত্ „ ত্ „ ব্ „ ত্ত্ব সত্ত্ব;
র্ „ চ্ „ চ্ „ র্চ্চ অর্চ্চা, চর্চ্চা;
র্ „ জ্ „ জ্ „ র্জ্জ উপার্জ্জন, বিসর্জ্জন
র্ „ ত্ „ ত্ „ র্ত্ত আর্ত্ত, সর্ত্ত;
র „ দ্ „ দ্ „ র্দ্দ পর্দ্দা, ফর্দ্দ;
র „ দ্ „ ধ্ „ র্দ্ধ অর্দ্ধ, ব্যাসার্দ্ধ;
র „ ব্ „ ব্ „ র্ব্ব গর্ব্ব, পর্ব্ব;

র „ ম্ „ ম „ র্ম্ম কর্ম্ম, ধর্ম্ম ;
র „ য. „ য্য. „ র্য্য কার্য্য, ধার্য্য।

মথক্কা উৎলিবা তপ্পবা ময়েক্সিং অসি তৌজিক্কী মৈতৈরোন্দ শীজন্নরিবনি। লোল্লান চঙশিল-চঙশিল্লক্লগা মখোয় মখোয়গী খোন্থোক তানা তানা অমদি মশক চুম্ম-চুম্ম ইরকপদা তপ্পবা ময়েক অতৈ কয়া কয়াশু চোংথোরকখিবা য়াই অমদি চোংথো-রকখিগনি।

## হংজনবা

(ক) খোঙ্গা খাইবা য়াদবা খোনফম্বু খোন মপী কৌই।

(খ) খোন মপা মশক তম্ব থুদম্বু ময়েক কৌই।

(গ) মরন্নাই মখোল থোকপা অমগা, থোক্তবা অমগা ময়েক মথন অনানি।

(ঘ) মরন্নাই মখোন পুবা ময়েকপু খোনবু কৌই।

(ঙ) অ, ই, উ, ঋ, ঌ, আ, ঈ, ঊ, এ, ও, ঐ, ঔ হাঙ্গবা খোনবু তরানিথোইনি।

(চ) অ, ই, উ, ঋ, ঌ মঙাবু হাঙ্গবদা মতম তেন্ন চঙবনা অতেনবা খোনবু কৌই।

(ছ) আ, ঈ, ঊ, এ, ও, ঐ, ঔ তরেৎপু হাঙ্গবদা মতম শাংন চঙবনা অশাংব খোনবু কৌই।

(জ) অ গা আ গবু খোদা হাঙ্গবনা খোদা থোকপা ময়েক কৌই।

(ঝ) ই গা ঈ গবু ঙৌদা হাঙ্গৈবনা ঙৌদা থোকপা ময়েক কৌই।

(ঞ) উ গা ঊ গবু চীন্দ হাঙ্গৈবনা চান্দ থোকপা ময়েক কৌই।

(ট) ঋ বু কোক্ত হাঙ্গৈবনা কোক্ত থোকপা ময়েক কৌই।

(ঠ) ৯ বু য়াদা হাঙ্গৈবনা য়াদা থোকপা ময়েক কৌই।

(ড) এ গা ঐ গব, খোগা ঙৌগা পানা হাঙ্গৈবনা খো-ঙৌদা থোকপা ময়েক কৌই।

(ঢ) ও গা ঔ গবু খোগা চীনগা পানা হাঙ্গৈবনা খো-চীন্দ থোকপা ময়েক কৌই।

(ণ) খোনবু থূদংগী অতেনবা অমা, অশাংব অমা, অচিংব অমা খোন মহাঙ্গ অহুম অহুম্নি।

(ত) খোনবু থূদিংগী অনেম্ব অমা, তরাংব অমা, তাল্লক অমা খোম মরোল অহুম অহুম্নি।

(থ) নাতোল্লোমদা হাঙ্গৈবা খোনবু বু নাতোন-চৎপ কৌই।

(দ) নাতোন চৎপ ময়েক্ত ঁ কৌন্নে।

(ধ) য়ারোমদা হাঙ্গৈবা খোনবু বু য়াদা চৎপ কৌই।

(ন) খোনবু মখোন য়াবা ময়েকপু খোনয়া কৌই।

(প) কখগঘঙ, চছজঝঞ, টঠডঢণ, তথদধন, পফবভম, যরলর, শষসহ, ড়ঢ়য়, ৎং ঃ ৎ, হাঙ্গৈবা খোনয়া নীফু নি।

(ফ) ক দগী ঙ মঙাবু করুপ কৌই।

(ব) চ দগী ঞ মঙাবু চলুপ কৌই।

(ভ) ট দগী ণ মঙাবু টলুপ কৌই।

(ম) ত দগী ন মঙাবু তলুপ কৌই।

(য) প দগী ম মঙাবু পরুপ কৌই।

(র) লূপ লূপকী মকোক, ময়াই, মতোনথংব ময়েক্লিংব্ হাঙ্গৈবদা মেংবনা অমেংব কৌই।

(ল) লূপ লূপকী অনীসুবা ময়েক্ক মরিসুবগব্ হাঙ্গৈবদা হকপনা অহকপা কৌই।

(ব) লূপ মঙাগী ময়েক কুম্মঙাব্ হাঙ্গৈবদা চীনগী মফম পূম্নমক শোকপনা অশোকপা ময়েক কৌই।

(শ) যরলর ব্ হাঙ্গৈবদা খোনরূ-খোনয়া অনাগী তাল্লক-চৎপনা তাল্লক-চৎপ ময়েক কৌই।

(ষ) শষসহ ব্ হাঙ্গৈবদা সোর শাবনা অশাবা ময়েক কৌই।

(স) ং ঃ ব্ খোহ্লাই তাকপনা খোহ্লাই-তাকপা ময়েক কৌই।

(হ) ৎ ব্ ত গী মশক্কি হাঙ্গৈবনা তজম কৌই।

(ড়) করুপ নে হ গা ঃ গা অনীনে ময়েক তরেৎপু খোঁদা হাঙ্গৈবনা খোঁদা থোকপা কৌই।

(ঢ়) চলুপ নে য গা শ গা ময়েক তরেৎপু ঙোঁদা হাঙ্গৈবনা ঙোঁদা থোকপা কৌই।

(য়) টল্প নে র গা ব গা অনীনে ময়েক তরেৎপু কোক্ত হাঙ্গৈবনা কোক্ত থোকপা কৌই।

(ক$_1$) তল্ুপ নে ল গা স গা অনীনে ময়েক তরেৎপু য়াদা হাঙ্গৈবনা য়াদা থোকপা কৌই।

(খ$_1$) পরুপ পু চীন্দ হাঙ্গৈবনা চীন্দ থোকপা কৌই।

(গ$_1$) র ব্ চীন-য়া অনী পানা হাঙ্গৈবনা চীন-য়া পাবা কৌই।

(ঘ$_1$) ঙঞ্ণনম নে ৮ গা ৎ গা অনীনে ময়েক তরেৎপু না-তোল্লোমদা চৎপনা নাতোল্লম-চৎপ কৌই।

(ঙ$_1$) থোনয়াগা থোনয়াগা মশেন তপসিন্নত্না থোকপা ময়েকপ্ তপ্পবা ময়েক কৌই।

(চ$_1$) ময়েক অনী তপ্পবা অমা, ময়েক অহুম তপ্পবা অমা, তপ্পবা ময়েক মথল অনীন।

## নৈননবা

(১) খোন মপী করিনো ?

(২) খোঙ্গা হাঙ্গৈরগা করি থঙই।

(৩) ময়েকপু ময়েক্ কৌরিবা কয়িগনো ?

(৪) ময়েক হাঙ্গৈবগা মশক হাঙ্গৈবগা করি থেন্নৈ ?

(৫) খোনবূ করি হাঙ্গৈরবনো ? ময়েক থরবু খোনবূ করিগী থোল্লিবনো ?

(৬) খোনয়া হাঙ্গৈরগা করি থঙনৈ ? ময়েক থরবু খোনয়া করিগী কৌরিবনো ?

(৭) করি হাঙ্গৈরিবনে অমদি করিদা থাঙ্গৈরিবনো ?

(ক) তেন-শাং ;

(খ) তেন-শাং-চিং ;

(গ) নেম-রাং-লক।

(৮) মরোল করি করি খণ্ডৈ ?

(ক) খোহ্লাঙ্গ ; (খ) খোল্লোন ; (গ) খোম্থা ;

(ঘ) খোম্থোক।

(৯) খোনবু অমগী খোম্থোক কয়া লৈফম থোকই ?

(১০) খোনবু খুদিংমক খোম্থোক মসীং মান্নফম থোকপরা অমদি মান্নবরা ?

(১১) খোনবু কদাই কদাইদগী থোকই ? করি করিনা কদাই কদাইদগী থোকই ?

(১২) 'য়া-নাতোল' করি হাঙ্গিরিবনো ? য়াদা-চৎপগা নাতোন্দ-চৎপগা খুৎই করি খেন্নৈ -

(১৩) করি করিনো হাঙ্গিয়ু।

(ক) অশোকপা ; (খ) অমেংব ; (গ) অহকপা ;

(ঘ) তাল্লক-চৎপ ; (ঙ) অশাবা ; (চ) খোহ্লাই-তাকপা ;

(১৪) খোনয়া কদাই কদাইদগী থোকই ? করি করিনা কদাই কদাইদগী থোকই ?

(১৫) তপ্পবা হাঙ্গিরগা করি খণ্ডই ? করম করম মওংদ থোকই ?

অনৌস্নুবা তাঙ্কক

# ময়েক অমদি ৱাহৈ-চনবা

ইসি

**অ খঙলে, ঐ লাক্কে।**

থক্কী ৱাফম অসিদা অ অসি করম করম পাবা য়াই ? তেন্ন অমুক, শাংন অমুক অদূগা চিংন অমুক পাবা য়াই। তেন্ন পাগনি, শাংন পাগনি নত্রগা চিংন পাগনি হাঙ্গৈবদি খঙবরা ? অদূদি খঙদে। অদূনদি করি অকাঙ্গৈবা লৈ ? অইবগা অপাবগা চূংশিন্নবা ঙমদে। অদূদি করি করম চূংসিন্নৈ য়েংসি—

অ খঙলে, ঐ লাক্কে।

অ- খঙলে, ঐ লাক্কে।

অ— খঙলে, ঐ লাক্কে।

থক্কী অ অহুম অসি করিদা খেন্নৈ ? অমনা মশাদা তরং তরং ই ; অমনা অফৈবা লৈই মচা অমা কোন্নৈ ; অদূগা অমুক অমনা অফৈবা লৈই শাংতকপা অমা কোন্নৈ ; করিগী নো খঙবরা ? অইবনা তেন্ন পাগদবনি, শাংন পাগদবনি অমদি চিংন পাগদবনি হাঙ্গৈবা অপাবনা লাঙ্গৈনা খঙননবা হাঙ্গৈহুনা ইনবা মইনি। অ মশাদা তরং তরং লৈবসিনা অ অতেনবনি, অফৈবা লৈই মচা'ম কোন্নবসিনা অশাংবনি অদূগা অফৈবা লৈই শাংতকপ'ম কোন্নবসিনা অচিংবনি হাঙ্গৈবা খঙ্গদবনি। হৌজিক্কি অইবগা অপাবগা চূংশিন্নবা য়ারেদনা ? য়ারে।

খোঙ্লাই-তেনবা খোনবুদি মশাদা তরৎ তরৎ মইনৈ।
খোঙ্লাই-শাৎব খোনবনা অফৈবা লৈই মচা'ম কোন্নৈ।
খোঙ্লাই-চিংব খোনবুনা শাংতক-তৌবা লৈই অমা
চেন্নৈ।

(ক) চাউবগী মচল তোঙ্খী ফজৈ।
(খ) হিদাক মচল লৈবরা য়েংসম্মু।
(গ) কাংথোন মচন্সে খুত্তা ফজৈদা!
কাঙজৈ পাঙ্গল মচল লূদে।
চম্সিন-খোচিন্দনবু পোৎ মচন্দি লূদনা!

থক্কী ৱাফমশিংদ মচল গী মপা অমদি মরোল করম করম তৌই? (ক) দা নেম্মি; (খ) দা ৱাঁঙি; (গ) দনা তাল্লক্লি। করিগী নো? নেম্ম পারগা কনাগুম্ব অমগী মখাদা পোকপী মুপী খঁঙি; ৱাংন পারগা করিগুম্ব পোৎ অমগী পোচ্চাক খঁঙি; তাল্লক ওইনা পারগনা (১) করিগুম্ব পোৎ অমা চনবা (সাবা) মওং, (২) শান্ন-খোৎনবা অমদা পাঙ্গল চনবা (কাবা) মওং, অমদি (৩) পোচ্চৈ লোইশিন-খমজিনবদা তাবা মওং খঁঙি। অদূনা মথং মথং নেম্ম, ৱাংন অমদি তাল্লক ওইনা পাবনি। (ক) দা য়াওবা মচল না মখাদা তাবী মুপীনি, (খ) দা য়াওবনা পোচ্চাক্লি অদুগা (গ) দা য়াওবনা মথং মথং চনবা (সাবা) মওংনি; চনবা (কাবা) মওংনি; অদুগা চনবা (থম্ব) মওংনি হাঙ্গৈবদি করি করম খঙলিবা? ৱাফমশিং অসিগী অমদি শাগোন্নবা ৱাহৈশিঙ্গী মওং মওং য়েংবদগী খঙলুরিবনি। অদূনদি খোল্লোম্নাইবা, মরোন-য়াম্ব

ৱাহৈগী খোল্লোল অমদি মৱোল কোন্ন-কোন্নরুবা ৱাহৈ ৱাফমগী মওংন তাকইদনা? তাকই।

অদূদি য়েংসি

(ক) চাউবগী **মচল** ফজে।
(খ) হিদাক **মচল** য়েংসন্নু।
(গ) কাংথোন **মচন্সে** ফজেদ্রা!
কাঙজৈ **মচল** লূদে।
পোৎ **মচান্দ** লূদনা!

হন্দকী ৱাফমশিং অসিদদি মচল গী মপা অমদি মৱোল করম করম তৌরি? হান্নগী গুম অদুম মরৈ; (ক) গীনা মথাদা পোকপী মুপী, (খ) গীনা মচাক, অদূগা (গ) গীনা মথং মথং চনবা ( সাবা ) মওং, চনবা ( কাবা ) মওং অদূগা চনবা ( থম্ব ) মওং অদুম কাঙ্গদনা মরৈ। (ক) গীসি চাউবনা চনবা ( সাবা ) মওং নত্রগা চাউবনা লাঙবা পোস্চাক হাঙ্গবদি মঙমদ্রবরা? অদুগুম মঙম্মি। (খ) গীসিনা হিদাক চনবা (থাবা) মওং হাঙ্গবদি মঙক্ষম থোক্রু-বরা? মথোকই। (গ) গীসিনা মথং মথং কাংথোন মচাক, কাঙজৈ চনবা (সাবা) মওং, পোৎকী পোচ্চাক নাচিংবদি খঙনফম ইথোক থোক্রুবরা? থোকই। অদূনদি খোল্লোন্নাইবা, মরোন-য়াম্ব ৱাহৈগী খোল্লোন অমদি মরোল কোম্ন-কোম্নরুবা ৱাহৈ অমদি ৱাফমগী মওং মওংন তাকই হাঙ্গবসী মফম পূম্নমক্ত থোক্তেদনা? থোক্তে। অদূনদি অসীগুম্ব ৱাহৈ অসী নেম্ন পাগদবনি, ৱাংন পাগদবনি অমদি তাম্লক ওইনা পাগদবনি হাঙ্গবা খঙহনবা ফওরা? মদূ খঙহনবদি য়াম্না ফবা পোৎনি।

বেদনা নেম-ব্রাং-লক অসী খূদম্ম তাকই। **ব্রাংন** পাগদবা ময়েক্কী মকোক্কা থা মচেৎ সাবা খূদম অমা কোনখৎন থম্মি; **নেম্ম** পাগদবা ময়েক্কীনা মতোন্দা থা মচেৎ সাবা খূদম অহু মমায় মখা ওন্থনা থম্মি; অদূগা **তাল্লক** ওইনা পাগদবা ময়েক্কীনা মকোক্ক অব্রাংবগী খূদমগা অনেম্বগী গা শমজিন্নদুনা থম্মি। অদুনা **খোল্লোন** অমদা মরোল য়াম্ন লৈবগী অরুবা অদূমক্তি কোকপা ঙমদ্রবস্থ খোল্লোনগী মফম তাকপনা মরোল খূনবদা লাইরপ থোকই।

হাঙ্গৈরিবা খূদম অসি মচলদা পান্দুনা য়েংসি

অব্রাংব — মচঁস;
তাল্লক — মচস;
অনেম্ব — মচস।

উবদদা করম পাগনি হাঙ্গৈবা থঙলেদনা? থঙলে। অদূনদি মরোল খূনবশু মলাঙ্গৈরেদনা? মলাঙ্গৈরে। খজিক্কং লু'রবদি করিনো? তাল্লক অসিদা মরোল অমদগী হেন্ন থোকপনি। অহানবদদি ব্রাহে আস উবদা পাক্কক ওইনা খনবা তারম্মি; হৌজিক্তি খোল্লোন মফম অমতগীদা মঙায়রবনিনা য়াংলেদনা? য়াংলে। অদূদি ঋষিনা শীজন্নরম্ব খূদমগী মতেং লৌদুনা অরাবা কোক্লবা অমা নত্রগা অতৈ মঙং অমনা ব্রারিবসী কোম্লবা অমা তোবনা ফৈদনা? ফৈ।

খূদম অসি শীজন্নরোই হাঙ্গৈরবদা করি তৌবা য়াই?

পাসি

অ; অঃ অহ্।

অহুম অসিগী খোম্লোক করি খেৎন্নে ? অ দগী অঃ না কাঙ্গ অদূগা অহ্না কৃম্মি। করিগীনো ? ঃ দি হ্ অয়াংবনি ; অদূনা কাথিবনি। অদুদি অঃ বু অৱাংব, অহ্ বু অনেম্বা অদূগা অ বুনা তাল্লক হাঙ্গৈনা খঙবদা কাঙ্গৈব্রেদনা ? কাঙ্গদ্রে। অদুদি বেদগী থৃদম অসি ফুকপা য়াইদনা ? য়াই। অদুনদি অৱাংব খুদমদা ঃ শীঞ্জিল্ল ; অনেম্বদা হ্ শীঞ্জিল্ল অদূগা তাল্লক্না অদূমমথম্মু, করি তাৱে য়েংসি

মৰ্চল = মচঃল ;

মচঁল = মচল ;

মচ়ল = মচহ্ল।

বেদগী থৃদম শীজন্নবগা ময়েক শীজন্নবগা অনী অসি করম্বনা মুঙাই ? থৃদম হাপ্লসি কোইদরা ? কোই। ময়েক শীজন্নবসিনা থূৎলোয়দরা ? থূৎলোয়। অদুনদি ময়েক শীজন্নবনা ফৈদনা ? ফৈ।

খোল্লোল অৱাংবা ঃনা তাক্লি ;
খোল্লোল অনেম্ব হ্না লেপ্সি ;
পূমকোক কোকপনা তাল্লক খঙসি।

হৌজিক্তি কয়া কোম্লবা

মপাঃ — লাম্বা নত্রগা পৱেং তামিন্নবা ;

মপাহ্ — অপোকপা নত্রগা মপু ;

মপা — লাইরিক পাবা মওং নত্রগা লাম্বা পাবা মওং।

মচিঃ— করিগুম্ব অমগী অফবা শরুক, করিগুম্ব অমগী অকনবা শরুক নত্রগা মরৈ-কনবা মওং ;

মচিহ্— শা-ষণগী মকোক্কী শরুক অমা নত্রগা পোৎ অমগী মকোক্ক তুম্ন তাবা শরুক।

মচি— করিগুম্ব পোৎ অমা চিবা মওং, চেকয়া নত্রগা মতোল ;

থঙ্গদবা— থক্কী রাহৈ অসিদা ই না মনীং খোম্মীবসি ঈ নশু খোম্ব য়াই ; খো ল্লাইদা শাংজবদনি, মরোন্দি হোঁ-ঙ্বা লৈতে। অদূনা ঈ না মনীঙ্খোম্ব রাহৈ পীদ্র-বশু অহুম ময়ারবনা তোপ্প অমুক পীদ্রে।

মকুঃ— উচেক মখল অমা ;

মকুহ্— তিংনা তাদবা মওংগী মতৌ নত্রগা ফত্তবগী মওং।

মকু— মামা, কনাগুম্ব অমগী হুপী-পোকপা, কনাগুম্বী অমগী নিপা-পোকপা, পোৎকী কুয়োম, মী অমা ওইনা পানবদা চঙদবা য়াদবা পোচ্চে নত্রগা কুবা ( তম্ব ) মওং ;

থঙ্গদবা— থক্কী রাহৈ অসিদা উনা মনীং খোম্মিবসি উ নশু খোম্ব য়াই ; খোহ্লাইদা শাংজবদনি, মরোন্দি হোঁঙ্বা লৈতে। অদূনা ঈ না মনীঙ্খোম্ব রাহৈ পীদ্রবস্থ অহুম ময়ারবনা তোপ্প অমুক পীদ্রে।

মশেংল— মশাগী মরল ;

মশৈহ্ল— কনাগুম্ব অমগী মুপাগী মৌপ্, কনাগুম্ব অমগী মামনা নত্রগা মনেম্ন পোকপা মনাও নত্রগা করি-গুম্ব অমগী শেনবা ( পৈবা ) মওং।

মশৈল— অমগা অমগা নত্রগা করিগুম্ব নত্রগা কনাগুম্ব অমা শেনবা মওং ;

মরৈঃ— লীক মখল অমা, খুৎলাই মওং অমা নত্রগা চক্রি ;

মরৈহ্— লৈথোক-লৈশিল তৌবা মওং নত্রগা পোৎ অমা শেল পীদুনা লৈবা মওং।

মরৈ— করিগুম্ব থরাই অমগী লৈয়েং, করিগুম্ব অমগী লৈয়েং মানবা শরুক্, কনাগুম্ব অমনা মফম অমদা লৈবা মওং নত্রগা কনাগুম্ব অমনা করিগুম্ব অমা লৈবা মওং ;

মরোঃল— মশাগী লোল (পরেং) ;

মরোহ্ল— আর্থ, য়েৎতুম্নচিংবনা লোনবা মওং, য়োচ্ছিন্নবা মওং নত্রগা কনাগুম্ব অমগী নত্রগা কাঙলূপ অমগী লোল।

মরোল— মী নত্রগা পোৎ লোনবা মওং, করিগুম্ব মহৌলাংব পোৎ অমা মৈদা লোনবা মওং নত্রগা পরেং ;

মতৌঃ— মওং নত্রগা শাজৎ-মুংজৎ ;

মতৌহ্— লৈপাক তৌবা মওং।

মতৌ— থবক তৌবা মওং ;

থক্কী মওং অসিমদি খঙলেদনা ? খঙলে।

অমা অমুক য়েংসি

নংব।

হন্দক্কী অসিমদি খোল্লোন কয়া চৎলি ? অসিমগু অহুম চৎলি। খোল্লোন খূদিং মরোল হোংবরা ? হোঁউ, নেম্ম পারগা মহী লাঙবা পোৎন কূংন তাবা নব্রগা পঙবা খঙনৈ ; ম্বাংন পারগা ম্বাৎপ খঙনৈ ; তাল্লক ওইনা পারগনা মতম চানা য়োঁবা নব্রগা লোইবা খঙনৈ। অদূদি অসিমগীস্থ খোল্লোন তাকপা য়ারবদি ফৈদনা ? ফৈ, শাগোন্নবা ম্বাহৈ অমদি ম্বাফম্ন মরেক চূমব্রবদি মরোল খূনবা ম্রাগদোরিবনি।

পাসি

অং ; অঁ।

অনী অসিগী খোম্থোক করম তৌনৈ ? অহানবগীনা হকপা অদূগা অকোনবগীনা য়াংবদনি। চুম্মি, ঁ বু ং অয়াংব হাঈনা খঙনৈ। অনী অসি লৈরবগু খোল্লোন্ন অহুম্নিনা অমা হোরিদনা ? হোরি।

বেদদা ঁদগী য়াঙ্খৎপ গঁ হাঈনা খঙনবা খূদম অমা লৈরি। অদূবু খোম্থোক্ক ং গা ঁগদগী তৈরপ তৌখিবনা মতেং লোক্রুবা য়াদে। অদূনা নাতোন-চৎপ লূপকী মঙাস্থবা ময়েক্সিংদা খোল্লোন পুনবা য়াবা য়াওবরা য়েংসি।

অঙ্ ; অঞ্ ; অণ্ ; অন্ ; অম্।

থক্কী মঙা অসিদা করম্বনা অং গা ইহেন-হেন্ন মান্নৈ ? অঙ্না

মান্নৈ। করিগীনো? খোন্থোক্ত মসৈনা ইরৈ লৈশিনবননি। অদুদি ং গা ঙ্ গা অনীসী খোন্থক-খোনখা খাঙ্গবা য়াবরা য়েংসি।

(ক) অং, অঙ্;
(খ) ইং, ইঙ্;
(গ) উং, উঙ্;

(ক) দা ং গা ঙ্ গা খোন্থোক করম তৌনৈ? পূন্মান মান্নৈ। করিগীনো? অনীমক খৌদা থোকপা অমদি নাতোন-চৎপা ঙাক্লি (খ) গা (গ) গদগু পূন্মান মান্নবরা? মান্নদে। করিগীনো? (খ) দা ং ঙৌদা থোকই অদুগা (গ) দনা চীন্দা থোকই অদুনা মান্নদবনি। অদুদি ং না মশক য়াম্ব, ঙ্ না য়ামদবা অসীনিদনা? মানি। অদুনদি মফম খুদিং মশক ওনবা ং গা মশক লেপ্প ঙ্ গা পাদ পাশিন্নবা য়াদেদনা? য়াদে। অদুনদি অনী অসীগী করম্বনা খোন্থক থংব য়াই, করম্বনা য়াদে হাঙ্গবা থল্লুবা য়াবা মরম থোইদোকপা লৈতেদনা? লৈতে।

অমুক্ত্ য়েংসি

তাং+কক=তাঙ্+কক=তাঙ্কক (তাঙ্কক);
মং+খা=মঙ্+খা=মঙ্খা;
মং+গ্রা=মঙ্+গ্রা=মঙ্গ্রা;
জিং+ঘ=জিঙ্+ঘ=জিঙ্ঘ;
লোং+ঙা=লোঙ্+ঙা=লোঙঙা (লোঁঙা);

থক্কী অসিদগী করি খঁঙে? ং গা ঙ্ গা খোনফম থাক অমত্তদা থম্মি হাঙ্গবা খঁঙে।

অমুক্তু য়েংখিসি

ঘণ্ + কোল = ঘং + গোল = ঘঙ্গোল ;

পন্ + খৈ = পং + খৈ = পঙ্খৈ ;

তান্ + চা = তাঞ্ + জা = তাঞ্জা ;

চোম্ + কাং = চোং + গাং = চোঙ্গাং ;

খোম্ + তাই = খোং + দাই = খোংদাই।

হন্দক্কী অসিমদগী না করি খঙে ? ং, ঙ্, ঞ্, ণ্, ন্, ম্ হাঈবা ময়েক্সিং অসীদি খোনফম থাক অমত্তদা খোঙ্লাই অমদি থূংই লোঈবা মতুং ইন্ন অমগা অমগা পণ্ডল মওন্নবনি হাঈবা খঙি। অদূদি ং গা ঙ্ গা খোন্থক-খোনখা পুনবা য়াদে হাঈবা তরু তরু অহুম মতারেদনা ? তারে।

ং গা ঙ্ গা খোন্থক-খোনথা পুনবা য়াদে।

অদূদি অমা পাসি

অঁ ; অং ; অহং।

অহুম অসিদি করম করম তৌনৈ ? মকোক্কী খোন্থোক্ন য়াঁঙি ; মমৈগী না হকই অদূগা ময়াঈগী না তাল্লক চৎলি। অদূদি অহুম অসীনদি খোল্লোন খাঈবা য়াইদনা ? য়াই।

খাঈসি

নঁব ;

নংব ;

নহংব।

হৌজিক্তি করি তারে ? নেম্-য়াং-লক লাঈনা খঙলে,

মরোন্স্ লাঙ্গৈনা খূনবা ঙম্লে। মকোক-থংবনা ঋাংন পাগনি, মরোন্ন ঋাৎপ হাঙ্গৈবনি হাঙ্গৈবা উবদদা খঙলে; মতোনগীনা নেম্ন পাগনি, মরোন্ন মহীলাঙব পোৎন কুংন তাবনি নত্রগা শিন্বাংদবনচিংব খঙনবনি হাঙ্গৈবা খঙলে; অদূগা ময়াঙ্গৈগীনা তাল্লক ঙইনা পাগনি, মরোন্ন মতম মস্মুংদ য়োৌবা নত্রগা মতম মস্মুংদ থবক্লচিংব লোইবা খঙনবনি হাঙ্গৈবা হেক্ক খঙলে। অদূনদি ঁ না অঋাংব, ৎ না তাল্লক অদূগা হ্ৎ না অনেম্ব খঙনরেদনা? খঙনরে।

খোঙ্লাই অঋাংব ঁ না তাক্লি;
খোঙ্লাই অনেম্ন হ্ংন লোম্সি;
তাল্লক চৎপনা ং না খঙসি।

অদূনদি কয়া মুঁঙাইরবা

কঁ— কংসিনচিংবগী মখোল, মৈইক ফবা চক্লুনচিংব তাকপদা শীজন্নবা ঋাহৈ, চহী লিবা খঙনবদা শীজন্নবা ঋাহৈ নত্রগা অকংব মফম;

কহ্ৎ— ইশিংদ হৌব পোৎ মখল অমা নত্রগা তবলানচিংব পূংদ পানবা উকক মখল অমা;

কৎ— ইশিং।

কাঁ— উরীদা পানবা মহৈ; মখল অমা, শাম্নপোৎ মখল অমা নত্রগা হকচাং কয়াৎকী অকনব শক্লক;

**কাহ্‌ং**— তীল মথল অমা নত্রগা অরিংব, অথাবা মরু-মরাং মপান্নচিংব ;

**কাং**— কাংপোৎ নত্রগা দোলাই অচিংব (রথ)।

**শিং**— খোঙজি-খুজিনচিংবগী মথোল ;

**শিহ্‌ং**— মৈ থানবা পোৎ নত্রগা শিঙ্‌ং-শিংনাংনচিংব পোৎ ;

**শিং**— অচাপোৎ মথল অমা।

খঙ্গদবা— **থক্কী** ৱাহৈদা ই না মমৈ খোম্নিবসি ঈ নশু খোম্ব য়াবা অমদি মরোন্স্‌ হোঙ্‌বা লৈতবনা ঈ না মমৈ-খোম্ব ৱাহৈ অমুক তোপ্প পীদ্রে।

**পুং**— নরক মথল অমা ;

**পুহ্‌ং**— অতোঙবা লম মথল অমা ;

**পুং**— ইশৈদা য়েনবা পোৎ মথল অমা নত্রগা মতমগী তাঙ্কক অমা।

খঙ্গদবা— থক্কী ৱাহৈদা উ না মমৈ খোম্নিবসি ঊ নশু খোম্ব য়াবা অমদি মরোন্স্‌ হোঙ্‌বা লৈতবনা উ না মমৈ-খোম্ব ৱাহৈ অমুক তোপ্প পীদ্রে।

**লেং**— লেংবাল, লেংবান্দ থোংব ফি নত্রগা পরেং সাবা খঙনবা লেংবগী মরু ;

**লেহ্‌ং**— চৎপ, নোম্বনচিংবা খঙনবা লেংবগী মরু ;

**লেং**— অতুম্ব পোৎন ফাওদৎপা খঙনবা লেংবগী মরু।

চোঁ— চোম্ ;

চোহ্ ৎ— নিংথৌগী সম্পোৎ মখল অমা ;

চোং— হকচাং হুনবা নত্ত্রগা ময়োল চোংব খঙনবা চোংবগী মরু।

থক্কী মওং অসিমশু হোরেদনা ? হোরে।

মওং মথং অমা য়েংসি

পাই।

ৱাহৈ অসিমদি খোল্লোল কয়া চৎলি ? অহুম চৎলি। মরোন্সু তৈনবরা ? তৈনৈ, ৱাংন পারগা লাম্বা তৌই হাঈবা খঁঙি ; নেম্ন পারগা কুণ্ডদে, থাদে হাঈবা ঙম্মি ; তাল্লক ওইনা পারগনা লাইরিক য়েঁঙি হাঈবা তাকই। অদূনদি মওং অসিম-গীস্থ নেম-ৱাং-লক থাঈদোকপা য়ারবদি ফৈদনা ? ফৈ।

য়েংসি

ই ; ঈ।

ময়েক অনী অসি করি খেন্নৈ ? মাঙ্গীনা অতেনবনি অদূগা তুঙ্গীনা অশাংবনি। অনী অসিদি খোল্লোল পুনবা য়াবরা ? য়াদে। করিগীনো ? অৱাংব ই গী অশাংবস্থ ঈ নি ; অনেম্ব ই গী অশাংবস্থ ঈ নি ; অদূগা তাল্লক-চৎপ ই গী অশাংবস্থ ঈ নি ; অদূননি।

ই ; য়।

অনী অসিমদি করম তৌনৈ ? ই না খোল্লোই হুইরপ তাই অদূগা য় না সুপকক তাই। খোল্লোল পুনবা য়াবরা ? য়াদে।

করিনবো ? ই শুর শু ঙৌদা থোকপা ঙাক্কি ; হুইরপ চৎপদা ই, সুপকক তাবদা য় চনবদনি ; অদূননি ।

হৌজিক্তি মথক্কী মবোঙ্গং অসি পাঙ্গোদুনা য়েংঙসি

পাবা ; পাইবা ;

অনীসি অৱাংবদা কাব থঙনৈ ; অহানবনা লাম্বা তৌবা, অনীসুবনা লোংথঙ চৎপ খঙনৈ । থোকপদি করি করম থোক-ইবনো ? অহানবনা পা দা বা তপ্লুনা থোকপনি ; অকোনবনা পাইনা বা চন্দুনা থাবনি । পা গা পাই গবুনা করি কৌনৈ, অদূগা বা বুনা করি হায়নৈ ? মাঙ্গী অনীবুনা য়াহৈগা মরুনি রু কৌনৈ, অদূগা দুঙ্গীবুনা য়াহৈ মকগা নীং চন্ননাঙাই নীং হায়নৈ । রু মনাসিদা বথ্ব নাং চল্লবদি য়ারোই নাইবা মরোল থোক্কনি ? ই নীং চল্লবদি থোক্কনি । অদূদি চন্দুনা য়েংঙসি

পা+ই=পাই ;

পাই+ই=পাইই=পাঈ ;

অনীসিদা অহানবদদি ই অত্তুম মরৈরিবা অদূগা অকোনবদদি ঈ ওল্লিবসি করিগীনো ? পা দদি ই লৈতবনা অরাকপা ই অদূদা হেক্তা মহাপচিনবদগী ই অত্তুম মরৈবনি ; অদূগা পাইদি মশানা ই অমা চৈন্নে ; ই নীং অমা লাক্লবা মতমদদি ই অনী থোল্লে ; অদূনা ঈ ওইরবনি । অনীসি খোনফমদি খেন্নবরা ? খেন্নদে, অৱাংবঙাক্কি ; হায়দোকপদা অহানবনা তেনবা, অদূগা অকোন-বনা শাংবদনি । অদূদি খোনফম অমত্তদা অতেন-অশাং পুনব-

দনিদনা ? মানি। অদূনদি অরূম-অয়াঙ্গী রাখল পুশিল্লুবা কান্নদেদনা ? কান্নদে।

ইগা ঈগা অনীদি অতেন-অশাং চৎনবনি ; অরূম-অয়াং চৎনদে।

## হায় ; হাই ; হাঈ ;

থক্কী অহুমসি খোম্থোক করি খেন্নে ? মাঙ্গীনা সুপকক্লে ; তুঙ্গীনা শাংলপ হুই ; অদূগা লক্কীনা তেল্লপ হুই। খোম্লাইদি খেন্নবরা ? খেন্নদে, ঙোদা হায়বা ঙাক্লি। অদূনদি ই, য়, ঈ অহুমসী খোম্লাই অমত্তদা মতোন হুইরপ তৌবা, শুপককরপ তৌবা, শাংন হুইবা অসীনিদনা ? মানি। অদূনদি অহুমসিদশু অরূম-অয়াঙ্গী রাখল চঁঙ্বা কান্নদেদনা ? কান্নদে।

ই, য়, ঈ খোম্লাই অমত্তদা হুইরপ চৎপ, সুপকক তৌবা অমদি শাংন হুইবগী রাদনি। অরূম-অয়াং চৎনদে।

হৌজিক্তি ই, ঈ অমদি য় না অরূম-অয়াং পুনবা য়াদে হায়-বসী তশেংন খঙলেদনা ? খঙলে।

অদূদি মকোক্ক হঞ্জিল্লসি

পাই খোম্লাই অহুম চৎপদগী রায়াম অস্থক ঙাঙুরিবা নত্রা ? মানি। মসী পাগা ইগনা থোকপনি হায়বদাই ? মানি। মসীগী শরুক অনীসিদা খোল্লোন চৎলিবসী পা নত্রা ? মানি ; ই দি রারোইশিনবা খঙনবা হেক মতপ্পদনি। মসীনা খোল্লোন চৎলিবসীদি করম্ব মপাঙ্গল লৈবননো ? খোল্লোন অহুম চৎপ আ অমা মশাদা চেন্নবননি। অদূদি মমৈদা লাক্কুনা চিঞ্চৎনবা,

চিংথনবা অমদি চপচানা থম্নবগী খল্লুববুদি অা মশা অসী অরাং-বনি, অনেম্বনি অমদি তাম্লক্কি তাক্লগা অহুম হেক্নক লোইরেদনা? লোইরে। অদুদি হান্নগা নেম-রাং-লক খণ্ডনবা হ, ঃ অমদি ০ হাপ্লগা লোইরেদনা? লোইরে।

অদুদি খায়রসি

পাই

অরাংব — পাঃই (লাম্বা তৌই);

অনেম্ব — পাহই (কুংদে);

তাম্লক — পাই (লাইরিক য়েঁঙ)।

পাইগী অসিদগী করি খঁঙে? রাহৈগী অরূম-অয়াং মরুদনি হায়বা খঁঙে; মরুনা চেল্লিবা খোনবু অদুগী মশক তাক্লগা অরূম-অয়াং অহুম মতাঙ্জে হায়বা উরে।

রাহৈগী খোহ্লাই মরুদা লৈ।

পাইবা

থক্কী রাহৈসি পাইগা বা গনা খোকপনিদনা? মানি। পাইন রু, বানা নীংনিদনা? মানি। রু অসিদি খোল্লোন পুবরা? পুই; অরাংবগা তাম্নক্কনা নোংথক্ত চৎপনচিংব মরোল ঙম্মি; অনেম্বনা খুক্ত চনবনচিংবা মরোল পী। রু অসিগী ওংদাদি করম তৌই? খোনবু অনী খোল্লি; অা গা ই গা অনীগী খোন্থোক আইনা প দা চনবনি। আই হায়বা খোনকম অসীগী পূম্মায়দি করম্ব খোনবূনা লেপ্পি, অদুগা করম্বন মনীং য়াই? অা না পুই অদুগা ইনা ইল্লি। অদু দ পোন্দবুংদি অাগী তাদেনা?

তারে। আনা য়াঙে ইশু য়াঙে; আনা হক্লে ইশু হক্লে; আনা তাল্লক ফ্রে ইশু ফ্রেদনা? চুম্মি, আগী পোইরৈ অহুম মইল্লে? অদূদি পূম্মায় লেপ্প আগী খোল্লোন তাক্লগা লোইরেদনা? লোইরে।

খোনবূ ভাগী খোনফাংনবদা মকোক্ল মপুংনি।

অদূদি খোল্লোন খায়রসি

পাইবা

অৱাংব — পাঃইবা (নোংথও চৎপনচিংব);

অনেম্ম — পাহইব (খূত্ত চনবনচিংবা);

তাল্লক — পাইবা (নোংখক্ত চৎপনচিংবা)।

খঙ্গদবা:— মৈতৈ ময়েক্ত ই, য় অমদি ৱায় হায়বা ময়েক অহুম খোম্থোক অহুম পুনৈ। তৌজিক্কী ময়েক্ত ৱায় লৈতবগা লোনগী মওং খরা ওল্লকপগা চৎনরুবা য়াদরে।

কাউবা;

থক্কী ৱাহৈসিগী মরু করিনো? কাউনি। কাউসীদি খোল্লোন চত্রা? চৎলি। য়াংন পারগা ৱাথন মম্ব থঙি; লূম্ন পারগা খোঙনা ফ্বনচিংবা খঙনৈ; তাল্লক ওইনা পারগনা য়াংন পাবগী মরোল হঞ্জিল্লি।

মসিগী খোল্লোন্দি করম খায়গনি। মসিগীস্তু পাইদা খায়রিবহুমঙায়। চুম্মি, অহুদা তাফমদি থোকই। অহুবু য়েংব য়াবমখৈদি য়েংথোকপনা ফৈদনা? ফৈ।

অদূদি য়েঁঙসি

ঊ; ঊ; ঔ; ঔ;

থক্কী ময়েক মরিসি খোল্লোন পুনবা য়াবরা ? য়াদে। করিননো ? মখোয় মরিমক মশা মশানা খোল্লোন অহুম অহুম চৎনবা ঙাক্লি। অদূনা অমবু নমতুনা অয়াংবদা অমবুনা অহকপদা থমজিন্দুনা মরম অমা পাঙনবা হোৎনক্লবদা অতৈ অতৈদা অহোবগী অহোবঙাক্ত ফাওরক্কনি। মরি অসিদি খোনফম থাক অমত্তদা খোহ্লাই মওং মওং উৎনবদনি। মখাগী ব্রাহৈশিং অসী য়েঁঙগা হেক্ত মহোগনি।

কাউবা — ক্+আউ+বা;
কাঊবা — ক্+আউ+উ+ বা;
কাওবা — ক্+আঅউ+বা;
কাঔবা — ক্+আআঅউ+বা;

থক্কীসিদগী করি খঁঙে? কাউ গী খোহ্লাইদগী কাঊ গীনা উদা শাংদোকই; কাও গীনা আদা খরদং চিঁঙি; অদূগা কাঔ গীনা শাংন চিঙি হায়বা খঁঙি। অদূদি শাংদোক-শাংজিনগী মওং তাকপদনি হায়বদু উরেদনা ? উরে। অৱম-অয়াঙ্গী ৱাখন্দি তৌরুবা য়াদে হায়বদুগু শেঁঙেদনা ? শেঁঙে। অদূনদি অৱম-অয়াং খায়বা তারবদি মথক্কী পাইগীদা উৎখিবা মওং অদূদা হঞ্জিনবা তারেদো ? তারে।

অদূদি খায়রসি

## কাউবা

অৱাংবা — কাঃউবা (ৱাখল মন্বা) ;
অনেম্ব — কাহউবা (খোঙনা ফুবনচিংব) ;
তাল্লক — কাউবা (ৱাখল মন্ব)।

**খঙ্গদবা :—** মৈতৈলোন অরিবদদি ৱ গা ও গনা খোল্লোন অরূম-অয়াং পুনৈ। মদু মচৎনরম্ব হায়বদুনি। ময়েক মখোঙ চুম্ন শীজন্নবা হায়বদুমক্তি থোক্তে। করিনা? অনীসি খোনফম থাক অমত্তুদা খোহ্লাই মওং অম-মম পুনবদনি।

অতৈ থরদঙ্গ য়েঁঙগা ৱাহৈ চনবগী মতাং অসী লোইশিল্লসি

### ইবা ; ইকপা ;

থক্কী ৱাহৈ অনীসি করম হায়নৈ? ইব, ইকপ হায়নৈ। ইব, ইকপ হায়নৱবদি অ্ না লোইদনা? লোই। অদুদি করিগী আ্ চল্লি? লাইরিক ইনবদা খোনয়া গী খুদম হাপ্পখিদবনা চমদে হায়বা তাক্লবা আ্ চনবনি, পাবনা অ্ গী খোম্থোক্ত পাবনি। করিগুম্ব খোম্থোক্কী ভাজবা ব-প দনা ইনবা য়ারবদি ফজ্রা? মদুদি মশানা ফজরিবনি।

অদুদি য়েংসি।

### ইবা ; উবা ; ওবা ;

### ককপা ; চৎপা ; তকপা ;

থক্ত করি লৈ? ৱাহৈ পরেং অনী লৈ। পরেং অনীদু য়েংবদা করি উই। অহানবা পরেঙ্গী ৱাহৈশিংদ বা দনা লোই ; অকোন-

বগীনা পা দনা লোই। করিগীনো ? রু দা বা নত্রগা পা চন্দুনা থোকপননি। বা-পা হায়বগী মহুত্তা ব-প চন্দুনা থোকপনি হায়বদা করি কায় ? কায়দে। রু দা ব-প চন্দুনা ৱাহৈ সাই হায়বা খঙবদা আ চল্লুবগী করি কান্নফম লৈরি ? লৈতে। অদূনদি মশাগী অতাবি খোনবূনা লোইবনা ফত্রা ? ফৈ।

অদূদি ইসি।

**ইব ; উব ; ওব ; ককপ ; চৎপ ; তকপ।**

পাসি

কপ (কব) ; চপ (চব) ; তপ (তব) ;

থক্কী অহুমসি করম পাই ? মমৈ চমহুনা পাই। অদূদি থংনবা মথক্কীগা য়েৎনরদরা ? য়েৎনরে। অদূদি চম্ন পানি-পারোই হায়বদি করম খঙননি !

অমুক্ক য়েংসি

**কল্লপ ; চল্লপ ; নৌরপ ;**

থক্কী অহুমসিমনা করম পারিবা ? মখোয়সিশু মমৈ চম্ন অতুম মপাই। অদূদি অসীমগশু য়েৎনরেদনা ? য়েৎনরে। অদূদি চম্ন পানি-পারোই লেপ্পসি অমুক হেন্ন লুশিল্লেদনা ? লুশিল্লে।

হৌজিক্তি করম্ন ৱাহৈগী মমৈগী ব-প চমগনি-চম্মোই খঙবা য়াগদগে য়েঁঙসি

কপ, চপ, তপ করম্ন মওংগী ৱাহৈনো ? খোনফম মতৌ তম্ন ৱাহৈঙাক্তি। কল্লপ, চল্লপ, নৌরপ তি করম্ন মওঙ্গীনো ?

কল, চল, তৌ হায়বা রু দা রপ্ লপ্ নীং তপ্পু না থোকপা রাহৈঙাক্লি। অদুদি হায়রিবা রাহৈ মখল অনী অসিদি প-ব নীং চন্দুনা থোকপা রাহৈ মখল নত্তেদনা? নত্তে। রাহৈসি মশক য়েংবদা প-ব নীং চন্দুনা থোকপনি নত্তে হায়বা অতুম হেক্মক মখঙজেদনা? মখঙজে। অদুনদি প দা লোইবা রাহৈ অতৈ লৈরবস্লু করি থোইদোকপা কায়দেদনা? কায়দে।

অদুদি হায়রসি

রাহৈ মমৈদা লৈবা ব-প চক্ষদে।

খোন্দা তক্স রাহৈগা রপ-লপ না লোইবা রাহৈগগীদি চমগনি।

অমগা অমুক য়েংসি

ফিদা

থক্কী রাহৈসি করম পানৈ; ফিদ হায়নগু পানৈ; অদুগা দা-দ-দা ওইনগু পানৈ। অ দা হল্লিন্না পাবগা আ-দ-আ ওইনা পাবগদি মরোন করি থেন্নৈ? তেন্সিন্ন পারগা ফি মথক্ক হায়-বনচিংব মরোন ঙম্মি; অদুগা চপচানা পারগনা ফিগী মতৌ-মওং নচিংবা ঙম্মি। অদুদি দ গ দা গ অনীসি মরোন তোঙান্নবা নীং ঙাক্লিদনা? মানি। খোম্থোক খেন্নবা মরোন মান্নদবা নীং অনীবু মশক অমত্ত ওইনা ইরুবগী করি কান্নফম লৈ? লৈতে। অদুনদি খায়না ইবনা ফৈদনা? ফৈ।

খায়রসি

ফিদ — (ফি মথক্ক নচিংবা);

ফিদা — (ফি মওং মতৌনচিংব)।

অসিনা মরোইবা য়ারনি নীংব্রা ? নীঙ খিন্নু। অহানবা ব্রাহৈসিগী মহৈগী দ সি তেন্সল্লপ হায়য়ু; অদুগা অকোনবগী দ সিনা শাংদোক্লপ পাউ। কার করি খঙনৈ ? অহানবনা ফি নত্তবা অতৈ'ম নত্তব: হায়বা ঙমদরা ? অকোনবনা ফম্নবা থানবা ফি হায়বা খঙদরা ? মথক্তনচিংব ঙম্ব দ গা হন্দক্কী দ সিগা খোম্লাইদা অতেন-অশাং থরদং নাইদরা ?— নাই। মওং-মতৌ খঙনবা দা গা থানবা খঙনবা দা গদি খোম্লাইদা করম তৌনৈ ? অনীসিগু দ অনী তৌনবগুম অতেন-অশাং থরা অদুম মচৎনৈ। ওইনরিবসি করিননো খঁঙবরা ? খোনবূ খুদিংমক, অতেনবশু অশাংবশু, নেম-ব্রাং-লক হায়বা খোনফম থাক অহুম কোন্নবগুম, তেন-শাং-চিং হায়বা খোম্লাই অহুম্মশু কোন্নৈ হায়খিবদূননি। খঁঙেদনা ? খঁঙে।

অদূদি করম থায়নি খঁঙবরা ? ঃ কোম্নবা খোনবূদি তেন্সিল্লি হায়না লোল্লম-সূবা পণ্ডিতনা তাকই। অদূনা ঃ না হেক্ত খায়দোক-খায়জিন তৌবা য়াই। খোনবূ মশা অমত্তুদা ঃ য়াওবনা তেল্সিনবনি য়াওদবনা তেন্সন্দবনি হায়বা খঙ্গনি।

ফিদঃ — ফি নত্তবা অতৈ'ম নত্তবা ;

ফিদ — ফি মথক্ত নচিংবা ;

ফিদাঃ — ফি মওং ;

ফিদা — ফি ফম্নবা থানবা।

হৌজিক্তি হোরেদনা ? হোরে ; দ ঃ না নত্তবা অতৈ'ম

নত্তবা হায়বা থঁঙে; দ না মথক্ত নচিংব ওয়ে; দাঃ না মওং তাক্লে; অদুগা দা না থানবা হায়বগী অতেনবা তাক্লে।

ঃ কোম্নবা খোনবুমা তেন্সম্ন পাগনি।
কোম্নদবনা তেন্সন্দবনি খঙ্গনি।

অদূদি অমূক অমগা য়েংথসি

**ফন্‌বা**

মথক্কী য়াহৈসি করম করম পানৈ? ন চম্নসু পানৈ চমদনগু পানৈ। অদূদি চমগনি-চম্খোই হায়বা খঙবা কাবক মরুবা তাইদনা? তাই।

পাসি

**ফন্ন**

করম পানি? ফন্‌বা হায়না পানি। কন্নিগীনো? ন গা ব গা তপ্পশিনবনা ন অসি খোনবু চঙদরে হায়বা খঙনৈ। অদূনা ফ্ দা লৈবা অ দা চঙগনি। অদূদি উবদা চম্ন পাগনি হায়বা হেক্ত মথঁঙেদনা? থঁঙে। অদূনদি অসূম ইরগা হেক মথোক্লেদনা? থোক্লে।

অদূদি য়েঁঙসি

**অন্বয়**

মথক্কীসি অন্বয় হায়না পাগদরা? পারোই; অন্বয় হায়না পাগনি। অদূদি মথক্কীগদি য়েংনদ্রিবরা? য়েংনরে। অনী অসিমক্তি মখোঙ হৌফম তিন্নবরা? তিন্নদে; অহানবনা নোংপোক্কী লোন্দগী লাকপনি; অদূগা অকোনবনা নোংচুপ-

কৗদগীনি, হায়বদি, সংস্কৃতনি। সংস্কৃত লোন্দ নদা তিনবা ব দি মৈতৈনা ৱ হায়নরিবদুনি। অদুদি ৱাহৈ মশক য়েঙগা ৱগী খোহ্লাইনি ৱগী খোহ্লাইনি হায়বা খঙননীঙাই মরম অচৌবা অমা লৈদনা? লৈ। অদুনদি সংস্কৃত-তগী লাকপা অসীগুম্ব মথৈগীদি ৱ গী খোহ্লাইমি হায়বদুদা খঙদোক্লগা লোই-ৱেদনা? লোইৱে।

অচম্ব নদি ৱগা তম্পিনসি।
সংস্কৃত ৱাহৈদদি তপ্পবা ব ৱনি খঙনসি।

খঙ্গদব'— ফন্ন হায়বা ৱাহৈসি অৱাংবগা তাল্লকনা শনবমচিংব মৱোল ঙম্মি; অনেম্বনা চোংবনচিংব মৱোল খঙনৈ। খোহ্লাই অৱম-অয়াঙ্গীদি হান্ন নৈনখিবনা মফম অসিদা উত্তৱে।

মতাং অসীদা অমত্তঙ্গ য়েংহৌখিসি।

## ফন্নবা

ৱাহৈ অসি খোহ্লাই অমত্ত মচৎপৱা? চত্তে, অনী চৎলি। কৱম কৱম তৌই? অমনা ন অসি তেল্লপ হায়; অদুগা অমনা শাংলপ হায়। মৱোন্দি কৱি কৱি খঙনৈ? তেল্লপ হায়ৱগা অমগা অমগা অফবা ওইনবা হায়বা ঙম্মি; শাংলপ হায়ৱগনা অফবা ওইনবগী দমক হায়বা খঙি। অদুদি নদা অতেন-অশাং ন্নাইৱিবসি খায়দোকপা ফৈদনা? ফৈ। খায়দোকপা তাৱবদি কৱি তৌগনি? মদুগীদি মথক্ত লেপ্পখ্রিবছু মঙায়।

অতেনবদা ঃ চনবা অশাংবদা চন্দবা—অদূনা হেক্ক খঙনবা য়াগনি।

অদূদি খায়রসি

ফনঃবা — অমগা অমগা অফবা ওইনবা ;

ফনবা — অফবা ওইনবগীদমক।

য়েঙ্গদবা— ৱাহৈ চনবগী মরমদা খরগীমখৈ নৈনরে। মসীগী মপূং ফাবা তাল্লুরবদা লাইরিক য়াম্ন চাউখিবা তাই। খোনবুগী নেম-ৱাং-লক, তেন-শাং-চিং, অনীগী মঙং খরা উৎলিবসীনা ৱাহৈ চনবগী মরীদা খরগী মখৈ খঙনবগু য়ারে। অদূনা মতাং অসিদা অস্থুম মরোইশিল্লে।

হৃঙ্ঙিনবা

(ক)

তেন-শাং-চিং

০ ; - ; — ;

অতেনবা — অ ;

অশাংব — অ- ;

অচিংব — অ—।

(খ)

নেম ৱাং-লক

হ ; ঃ ; ০ঃ

অনেম্ব — মচহল ;

অৱাংব — মচংল ;
তাল্লক — মচল।
হ্ং ; ঁ ; ং
অনেম্ব — নহ্ংব ;
অৱাংব — নঁব ;
তাল্লক — নংব।

(ক) ৱাহৈ খোহ্লাই অহুম চংলি।
মশাদ তরং তরং ইবনা অতেনবনি খঙননি ;
অফৈব লৈই মচা অমা কোন্নবনা অশাংবনি উননি ;
শাংতক তৌবা লৈই অমা চেন্নবনা অচিংবনি লেপ্পনি।

(খ) ৱাহৈ খোনফম অহুম চংলি।
ঃ কোন্নবনা অৱাংবনি খঙননি ;
হ্ চেন্নবনা অনেম্বনি লেপ্পনি ;
করিমত্তা ইচেন-চেন্নদবনা তাল্লক চংপনি লৌনি।
ঁনা চম্বনা ৱাংন পাগনি খঙননি ;
হ্ং না চম্বনা নেম্ন হায়গনি উননি ;
ং না চম্বনা খোহ্লাই তাল্লক্নি থঙ্গনি।

(গ)

ই ; ঈ ;

পা (রু)+ই (নীং)=পাই ;
পাই (রু)+ই (নীং)=পাইই=পাঈ।

ই ; য় ;

হাই ; হায়।

(ঘ)

উ ; ঊ ; ও ; ঔ :

কাউব — ক্+আ+উ+ব ;

কাঊব — ক্+আ+২উ+ব ;

কাওব — ক্+আ+অউ+ব ;

কাঔব — ক্+২আ+অউ+ব।

(গ) ইগা ঈগা অতেন-অশাংদ মচৎনৈ, অরূম-অয়াং চৎনদে। ইনা খোল্লোই হুইরপ তৌবনি, য় না সুপকক লোই-বনি ; অরূম-অয়াং পুনদে।

(ঘ) উ, ঊ, ও, ঔ মরিসি খোনফম অমত্তদা খোঙ্লাই অতেন-অশাংদ মপুনৈ ; অরূম-অয়াং পুনদে।

(ঙ)

কপ (কব) ; চপ (চব) ; তপ (তব)

কল্লপ ; চল্লপ ; নৌরপ।

ইব ; কাব ; কৎপ ; চাকপ।

খোন্দোম্নবা য়াহৈগী প-ব চমশিন্ন পাগনি। রূপ-লপন লোইবা য়াহৈগীশু চমশিন্ন হায়-গনি। নীং ওইনা চনবা প-ব দি চম্মোই-দৌবনি খঙ্গনি।

( চ )

ফি + দঃ = ফিদঃ ; ফি + দ = ফিদ ;

ফি + দাঃ = ফিদাঃ ; ফি + দা = ফিদা ;

ফ + নঃ + ব = ফনঃব ; ফ + ন + ব = ফনব।

: কোম্মবা ময়েক্ক খোঙ্লাই তেন্সিল্লি খণ্ডননি ;

কোন্‌নদবা ময়েক্ক খোল্‌হাই শাংদোকই উনরনি।

( ছ )

ফন্‌ব = ফন্ব ;

অন্ + ৱয় = অন্বয়।

সংস্কৃত-তগী লাকপা ৱাহৈগী ন্ব ন গা ৱ গনি খণ্ডননি ;

অতৈদগী লাকপা ৱাহৈগী ন্ব দি ন গা ব গনি লৌননি।

( জ )

পাইব ; পাঃইব ; পাহইব।

কাউব ; কাঃউব ; কাহউব।

খোনবু খোনফাংননা লোইবা রু গী খোনফম পূস্মায় লেপ্লদা তাক্কনি।

নৈননব

(১) ৱাহৈগী খোঙ্লাই কয়ানো ?

(২) খোঙ্লাই মশক করি করম তাক্কনি ?

(৩) ৱাহৈ খোনফম কয়া চৎলি ?

(৪) খোনফম মশক করি করম উৎকনি ?

(৫) হ্‌ গা ঃ গা অমদি ং গা ন গা করি মরী লৈনৈ ? মনেম-অৱাং তাকপদা মখোয় শীজন্নবসী চুম্বরা ?

(৬) ই গা ঈ গা অমদি ই গা য় গা অরূম-অয়াং পুনবা য়াদ্রিবা করিগীনো ?

(৭) উ, উ, ও, ঔ মরিসি করি মরী লৈনৈ ? অরূম-অয়াং পুনবা য়াদ্রিব করিগীনো ?

(৮) খোনবূ অনীচনব রু গী করম্ব খোনবূ না মপূংনো ?

(৯) করম করম্ব ৱাহৈদ প-ব চয় পাগনি অদূগা করম্বদনা চম্মোই ?

(১০) দং গা দ গা, দাঃ দা গা অমদি নঃ ন গা করি থেনৈ ?

(১১) করম্ব ৱাহৈদা স্ব না ন+ব ওই অদূগা করম্বদনা ন+র ওই ?

## অহুমশুবা তাঙ্কক

## ময়েক-তিনবা।

ফ (রু) + ই (নীং) = ফৈ ;

কি (রু) + ই (নীং) = কী ;

ফূ (রু) + উ (নীং) = ফূ।

থক্কীসিদগী কবি খঁঙি? অ গা ই গনা ঐ, ই গা ই গনা ঈ, অদুগা উ গা উ গনা উ ওই হায়বা খঁঙি।

অ + ই = ঐ ;

ই + ই = ঈ ;

উ + উ = ঊ।

অম + অম = অম'ম ;

চা + অম = চা'ম ;

নোং + অম = নোং'ম ;

লীক + অম = লীক'ম।

করি ফঁঙি? খোনবু, নাতোম্বোকপা ময়েক অমদি খোনয়াগী মতুংদ অম গী ম থুপচিল্লি হায়বা ফঁঙি।

**খোনবু, নাতোম্বোকপা ময়েক অমদি খোনয়াগী মতুংদা অ থুপচিল্লি।**

ফৈ (রু) + ই (নীং) = ফৈ ;

ফৌ (রু) + উ (নীং) = ফৌ।

হন্দক করি ফঙি? ঐ গী মতুংদ লাকপ ই, অদুগা ঔ গী মতুংদ লাকপ উ থুপচিল্লি হায়বা ফঙি।

ঐগী মতুংদ লাকপা ই থুল্লি;
ঔগী মতুংদ লাকপ উ মাঙি।

কৎ (রু)+ই (নীং)=কৎলি;
কৎ+উ=কৎলু; কৎ+এ=কৎলে;
কৎ+ঐ=কৎলৈ।

পাৎ (রু)+ই (নীং)=পাৎলি;
পাৎ+উ=পাৎলু; পাৎ+এ=পাৎলে;
পাৎ+ঐ=পাৎলৈ।

ফোৎ (রু)+ই (নীং)=ফোৎলি;
ফোৎ+উ=ফোৎলু; ফোৎ+এ=ফোৎলে;
ফোৎ+ঐ=ফোৎলৈ।

হন্দক্লক করি উরে? ৎ গী মতুংদ লাকপা ই ল কোন্নৈ হায়বা উই।

ৎ গী মতুংদা লাকপা ই ল কোন্নৈ।

ফ (রু)+এ (নীং)=ফএ, ফয়ে;
চা (রু)+এ (নীং)=চাএ, চায়ে;
চাই (রু)+এ (নীং)=চাইএ, চাইয়ে;
চু (রু)+এ (নীং)=চুএ, চুয়ে;
কে (রু)+এ (নীং)=কেএ, কেয়ে;

ফৈ (রু)+এ (নীং)=ফৈএ, ফৈয়ে ;
ফাও (রু)+এ (নীং)=ফাওএ, ফাওয়ে ;
শৌ (রু)+এ (নীং)=শৌএ, শৌয়ে।

হন্দক্কী অসিদনা করি থেংনরে? অ, আ, ই, উ, এ, ঐ, ও অমদি ঔ গা মতুংদ লাকপা এ য় কোন্নরবশু কোন্নৈ হায়বা থেংনৈ।

**খোনবুগী মতুংদা লাকপা এ য় কোননর-বশ্ কোননৈ।**

খঁ (রু)+ই (নীং)=খঁঙি ;

খঁ+উ=খঁঙু ; খঁ+এ=খঁঙে : খঁ+ঐ=খঁঙৈ ; খঁ+ও=খঁঙো।

কং (রু)+ই (নীং)=কঁঙি ;

কং+উ=কঁঙু ; কং+এ=কঁঙে ; কঁ+ঐ=কঁঙৈ ; কং+ও=কঁঙো।

খঙ (রু)+ই (নীং)=খঁঙি।

খঙ+উ=খঁঙু ; খঙ+এ=খঁঙি ; খঙ+ঐ=খঁঙৈ ; খঙ+ও=খঁঙো।

উৎলিবসিদা করি উই? ঁ, ং অমদি ঙ গী মতুংদ লাকপা খোনবু ঙ চেঙ্খিল্লি হায়বা উই। অদুদরা? নত্তে, ঙ চঙক্লবদা ং গা ঙ্ গদি ঁ ওই।

**ঁ, ং অমদি ঙ্গী মতুংদ লাকপা খোনবু ঙ চেন্সিল্লি ;**

ঙ চঁঙক্লবদা ং গা ঙ গদি ˘ ওই।

কন (রু)+ই (নীং)=কল্লি ;

কন+উ=কল্লু ; কন+এ=কল্লে ; কন+ঐ=কল্লৈ ; কন+ও=কল্লো।

কপ (রু)+ই (নীং)=কপ্লি ;

কপ+উ=কপ্লু ; কপ+এ=কপ্লে ; কপ+ঐ=কপ্লৈ ; কপ+ও=কপ্লো।

ফম (রু)+ই (নীং)=ফম্মি।

ফম+উ=ফম্মু ; ফম+এ=ফম্মে ; ফম+ঐ=ফম্মৈ ; ফম+ও=ফম্মো।

চেল (রু)+ই (নীং)=চেল্লি :

চেল+উ=চেল্লু ; চেল+এ=চেল্লে ; চেল+ঐ=চেল্লৈ ; চেল+ও=চেল্লো।

করি অমুক উরবা ? ন মতুংদা লাকপা খোনবু ল চেন্সিল্লি ; ল চঁঙক্লবদা ন ল ওই ; ল গা ল গা তপ্সিন্নে হায়বশু উরে ; অদুগা প, ম অমদি ল মতুংদ খোনবু লাক্লবদি অনী থোল্লি হায়বশু খঙলে।

ন মতুংদ লাকপা খোনবু ল চেল্লকই ; ন শু ল ওইদুনা ল অনী থোল্লি।

প, ম অমদি ল মতুংদ খোনবু লাক্লবদি অনী থোল্লি।

কং+কুপ=কঙ্কুপ, কঙ্গুপ ;
কাং+খিন=কাংখিন, কাঙ্খিন ;
কং+ঙৌ=কঁঙৌ

করি অমুক উই ? ং মতুংদ করুপকী ময়েক লাক্লবদি ঙ ওই হায়বা উই।

**ং মতুংদ করুপকী ময়েক লাক্লবদি ঙ ওই।**

লান+কায়=লানকায়, লাঙ্গায়।
ফান+খোং=ফানখোঙ, ফাঙ্খোঙ, ফাঙ্ঘোঙ ;
কোন+থাম=কোনথাম, কোনঘাম, কোঙ্খাম, কোঙ্ঘাম ;
লান+ঙম=লানঙম, লাঁঙম।
তান+চপ=তাঞ্চপ, তাঞ্জপ ;
কান+পী=কানবী, কান্বী।

হন্দক্ক কর উই ? ন মতুংদ করুপ লাকএ ঙ, চরুপ লাকএ ঞ, পরুপ লাকএ ম ওইরবশু ওই হায়বা উই।

**ন মতুংদ লাকপ লুপ ময়েক্কী মঙাশু-বদু ওইরবশু ওই।**

খঙ্গদবা—ন না ওইবা অপুন্বা ণ শু অদুম মওই।

পুম+মায়=পুন্মায়, পুঁমায় ;
পুম+য়াল=পুময়ান, পুঁয়ান।

হন্দক্কুক করি উরে ? পুমগী মতুংদ মায় নত্রগা য়ান লাক্লবদি পুঁ ওইরবশু ওই হায়বদি পুম গী ম ঁ ওইরবশু ওই হায়বা উরে।

**পূমগী ম মতুংদা ম নজ্রগা য় লাক্লবদি ওইরবশু ওই।**

শা+কা=শাগা ;

শা+চাবা=শাজাব ;

শা+তা=শাদা ;

শা+পান=শাবান।

নোং+কৌবি=নোংঙ্গৌবি ;

নোং+চুবা=নোংজুবা ;

নোং+তাবা=নোংদাবা ;

নোং+পান=নোংবান।

কাঙ+পাম্থা=কাঙবাম্থা ;

তেন+কাপ্প=তেনগাপ্প ;

শম+তা=শমদা।

হন্দক্কীসিদা করি অমুক উরবা ? খোনলূগা নাতোম্থোকপা ময়েকগা মতুংদ লাকপা লূপকী অহানবা ময়েক অহুমস্থুবা ওন্থে হায়বা উরে।

**খোনবূগা নাতোম্থোকপা ময়েক্কগী মতুংদ লাকপা লূপকী মকোক অহুমস্থুব ময়েক ওন্থে।**

অমগা য়েংসি

মায়+তা=মায়তা, মায়দ ;

লৈ+পাক=লৈপাক, লৈবাক ;

লৈ+পন=লৈপন, লৈবন ;

উ + কা = উকা, উগা ;

পঙ + তা + পঙতা, পঙদা।

অসিদগী দি করি উই ? থক্কী মরোল অসিগা য়েৎনরে হায়বা উই। খোনবূগা নাতোম্হোকপা ময়েক্কগী মতুংদ লূপকী মকোক অহুমসুবা ময়েক ওন্দবা য়াদে হায়বা লৈতে হায়বা থঙি।

**মফম থরদদি খোনবূগা নাতোম্হোকপা ময়েক্কগী মতুংদ লাকপা লূপকী মকোক অহুমসুবা ওইরবশু ওই, ওইদ্রবশু তোকই।**

কৈ + লাউ = কৈরাউ ;

না + লাউ = নারাউ,

হাও + লৈবাক = হাওরৈবাক।

হন্দকমুক্কাসিদগীদি করি উরে ? খোনবূগী মতুংদ লাকপা ল র ওই হায়বা উরে।

খোনবূগী মতুংদ লাকপা ল র ওই।

মৈতৈ + লৈমা = মৈত্রেমা, মৈত্রমা ;

মৈতৈ + লৈবাক = মৈত্রেবাক, মৈত্রবাক ;

করি অমুক উই ? খায়গা মান্নদবা মওংম উই। লৈ না ওই।

তৈগী মতুংদ লাকপা লৈ না ওই।

অসীনাচিংব

হঞ্জিনবা

(ক) অ গা ই গনা ঐ, ই গা ই গনা ঈ অদূগা উ গা উ গনা উ ওই।

(খ) খোনবূ, নাতোম্থোকপাময়েক অমদি খোনয়াগী মতুংদা অ থুপচিল্লি।

(গ) ঐ গী মতুংদা ই অদূগা ঔ গী মতুংদা উ মাঁঙি।

(ঘ) ৎ মতুংদা লাকপা খোনবূ ল চেন্নজে।

(ঙ) খোনবূ মতুংদা লাকপা এ য় চেন্নরবশু চেন্নে।

(চ) ঁ, ং অমদি ঙ গী মতুংদা লাকপা খোনবূ ঙ চেন্নজে; ৎ গা ঙ গদি ঁ ওই।

(ছ) ং মতুংদা ক-রুপকী ময়েক লাক্লবদি ঙ ওই।

(জ) ন, ণ মতুংদা লাকপা লূপ ময়েক্কী মঙাস্নবা ওই।

(ঝ) র্ম গা স্ন গা মতুংদ লৈরবদি পূমগী ম ৺ ওইরবশু ওই।

(ঞ) ন মতুংদ খোনবূ লৈরবদি ল ওই; ল অনা থোল্লি; প, ম অমদি ল শু খোনবূ মতুং লৈরবদি অনা থোল্লি।

(ট) খোনকপা নাতোম্থোকপা ময়েক্কগী মতুংদ লূপকী মকোক অহূমস্নবা ময়েক ওইগল্লি।

(ঠ) তৈ গী মতুংদ লাকপ লৈ ওই।

## নৈননবা

(১) তিন্সিন্নৌ

ফ+ই; চৈ+ই; চূ+উ; চং+ঐ; পে+এ;
খঁ+উ; কং+এ; কাৎ+খোঙ; মণ+কোল;

পূম+য়ান ; চন+এ ; চ+পউ ; চল+ত্রি ; মপা+কা ; লৈ+তা ; হৈ+লৈবাক ; মৈতৈ +লৈমা।

(২) খাইদোক্লৌ

কূ ; চৈ ; খংলি ; চায়ে ; খঁঙুনু ; কাঞ্জিন ; যঙ্গোম ; কল্লে ; কপ্লো ; উকা ; নোংজু ; লৈরৈবাক ; মৈত্রেবাক।

